# নুপী অতোম্বী

( পুন্না ৱারী মশা ১৩ য়াওরবা )



অহানবা কোঙবা —
জানুয়ারী ১৯৮৯

কোঙবী —
কুমারী মেঙপ্যারী দেবীনা
শরৎ পব্লিকেসন্স ওইনাম বাজার মনিপুরগীদমক কোঙবা।

মথুমগী নমুনা পুথোকপা অমস্তুং য়েকপা —
সুধির নাওরোইবম।

ব্লোক শাবা
এন, মজি এণ্ড সন্স, ইম্ফাল।

ফংফম থোকপা পুম্বা অইবগীনি।

মমল — রুপা ৭৫/- ( লাইব্রেরী এডিসন )

কোপী মশিং ১১০০

নম্ফম :—
পি, শরৎনা সিটি প্রেস, পাওনা বাজার ইম্ফালদা নম্বা।

M

# নুপী অতোপ্পী ॥ ৩৬ ॥

অমসুং অতৈ ৱারী মচাশিং

০০০০০০

পূন্সিবু করিনা শেমখিবগে ? মখক্গ মথেল থৌদোক-ৱাথোক কয়ানা পুনশিন্দ্রনা শেমখিবনি। অদুনা কৌখিরম্বা য়াই পুন্সিবু পুন্সি। থোকলিবা থৌথোক-ৱাথোকশিংদা মমল য়াওবা য়াওরি, য়াওদবা কয়াম্থ য়াওরি। অমগী পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোকতু মুংঙাইদোবা কায়দোবা ওইরবদি লেম্না মাঙহনবা ফত্তে, অতৈবুস্থ তাহনবা ফৈ। মদুনা অতৈদা থরত ওইরবস্থু মীংনাকোং ওইননি।

লাইহিরিকসিগী ৱারী মচাশিংদা য়াওরিবা করেক্টরশিং থৌ-থোকশিং কনাগুম্বা অমতগা মরী লৈনবা নত্তে। করিগুম্বা মতাংদা কনাগুম্বা অমগী লমচৎ শাজৎ অমদি পুন্সিগী থৌদোকশিংগা মান্নরম্বা য়াওরবদি মদু ঐনা খঞ্জক্লবগা চানরুবনি লৌবীগনি। মতুগী দায়িত্ব লৌরোই। ঐগীদি ইপূক্লীংদা ফাওরকপশিংদু ইনিং তম্না করিগুম্বা অফা অপুন অমতা লৈত্তনা ইথোকচখিবনি।

০০০০০০

## * নুংশিবা নওসে লৈরমদ্রবদি *

—করম ভৌরে ডাক্তর ?

—অস্নুন্ন স্নুম লৈবা হায়বত্নুনি প্রোফেসর সাহেব ! তৌবগীদি মসিনকনা য়াম্নমক সিরিয়স ওইবা হায়বত্নুদি ওইরোই। মশানা খর চবেৎ-চবেৎ লাউবা ওইনা ভৌই। মপোক্কীনি হায়বা তাই।

—অত্নুবু ডাক্তর সাহেব, মানা অস্নুম্না হেক-হেক য়াহিপ য়াভাত্নুনা লৈখিবসি ঐঙোন্দদি অরাবনিদো। করি হায়নি—মী লৈজদবগী হৌনবা অরাংপগী অরাংপা ভাক্তা ! পুম্নমক ঐনা মেনবা তাবনি।

—অচুম্বনি। ঙসিদি লাইহৌস্নু খর হস্নুরবনিনা পোথারনিদা।

০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০

ডাক্তর চৎখি।

ডাক্তর হেক চৎখিবগা মা রাখল ভৌনা চঙলকই। ইনাক্তা চঙলক্কদ্রা খনবনি চঙলকখিদ্রে। চাকশঙলোমদা চুনদ্রিং চঙখি। টৌপ থাগৎত্নুনা চা লোন্নবা হোৎনৈ। ইমূংগী চাইরম খোৎলম্বা মকন চানা চানা লোইশিল্লি। অমুক থোরকই, ঈশিং অশাবা ব্রশনচিংবা পায়রত্নুনা।

—সে, নমাই নমীৎ ভাথোকলো, চা থক্লসি।

॥ শরৎচন্দ্রগী ব্বারী মচা মচা ॥

—চাদি কনানা লোল্লবা ?

—ঐন্না লোল্লে।

—সোরোচ্ছ কৌরুরদি ফদোবা।

—উম! হোরেল কৌরুগে।

—চাক চাদনা থবক চৎপা তারবরা ?

—চাগমি। ঐনা চাদবদি লায়, নঙদি ?

—কমানা থোংবীদোরিবা ?

—ঐনা। মসিবু ঐঙোন্দা অনৌবরনে।

রাজু লোইয়ম লোইফাৎতনা মহাক চাকশঙলোমদা চঙখি। ঐ ভুরিম লৈহৌই।

"মহাক ওস্থোক্লা রারমলমি।" ঐমা খনখি। "চুম্মী। মহাক তশেংনা রারবনি। ইমূংগী অকূপ অতা, অঙাঙশিংবু য়েংশিনবা, চান-থকনবা, ঐগী সৈধা, মশাগী থবক চৎনবা ·…" খনবা য়াবা থনখি ঐ। "এনা অস্থূক মীবু ওৎলিবসিবু নহালমক্কী মপোকতা করম্বা ঐগী কোকঙমদ্রবা ইরাল অমা লংতরুবননো ! ঐসি শিথিবনা হেন্না মতৌক চারবীমি·······শিথিবনা !"

"সে, সে চাসি থকলো।" মানা চা কপ অনীগা বিস্কুট খরগা পুথোরকুনা ফমুং নার্কলগী সাইড তেবলদা থমই।

"হায়. কৈদোরে ? কৈদোরে কপলিবদি ?"

ঐবু কপখিবরা ? হোয়, রাখল ময়ানসিগা ঈরোইননা ঐগী মীৎলুদগী পিগী ঈরা থর চেন্থরমলে।

"ঐ কপতে!" অসি হায়রগা পি তৈথোক্নবা হোৎনৈ। মানা চঙশিল্লকুনা ঐগী খুবামবু মুংশিমা পায়শিল্লকখি। কমুং নাকনদা ফমথরহুনা মীৎকুদগী চেস্থরকপা অশাবা পিগী ঈরিশিংহু তপ্না-তপ্না তৈথোকলহুনা হংলকখি মানা—

"হেন্না নশা মুংঙাইরক্রবরা? সৈ, খুম্মো?" মানা পাখৎনা হংলকখি।

ঐ মাগী মকমদা পাউখুম অমত্তসু পীখিদে।

উহাক্কী মফমদু ইচিক চীকখি।

মানা তৌফম খঙদনা ঐগী মায়দা নানবীখি। কোক্তা নানবীখি। "নঙগী মায়থোংসি কয়াদা শাথিনা ময়েং তারবা?" মানা মখা তারকখি—"মতম অমদদি খজাই নাপোম অনীসিমু অমুনবা হৈরাংগুম তঙাং তঙাংলম্মী। ঙসিদি কয়াদ কংলবা!" মা সোর মপী হোনখি।

ঐ করিম্ম খুমখিদে। মাগী মখুৎতু ঐগী খুবামমুংদা চেৎনা পায়শিল্লগা থম্মোয়মুংদা কোনশিনজবদগী হেন্না। অহুবু মীৎকী পিদি তারকমু হারবা খক য়াখিদে, অরৎপা লৈতনা অহুম্মক শিম্থয়কখি।

"নঙনা কপ্পসি পকচদে। মতম অমদা রাজেন্না, রজনীগী মোমোন মায়থোংদা শুদ্ধৎখি হায়বহু নঙ কাউবা য়াদে, খক কাউগনু·········।"

অচুম্বনি, মানা ঐগী মীনোকপু চাকই হায়খি, খাঙঙমদে হায়খি। মা লাইরিক য়াম্না হৈ, অদুবু মদুগী অর্থতদি করিনো খঙখিদে হায়খি। মানা মখা তারকখি—

“নঙগী নুংঙাইত্রিবদু ফোঙদোকউ রজনী। অদুম্না নথায় নুংঙাইতবদু উরগা ঐ য়াম্না ৱায়। তশেংনমক লৈফম চাফম খঙদে। হন্দক্তী মপাললোমদা য়েংলুরসি ঐ শেল খরস্থু থৌরাং তৌবা হোৎনরিবনি। ডাক্তর সুরেসসি নুপীগী লায়েংদদি স্পেসি-য়েলিষ্টনি। মাগী চাং অমুক্তং য়েংখিগে তৌবনি। ফনিদা শোয়দনা ফগনি। রাজেনগী থৱায়বু লেম্না মাঙহনবা য়াবরানে? সে,চাসিদুম শোয়দনা ঈংখিবা তারে।”

“নত্তে, ঐনা পামজবা পাউখুমদি মদু নত্তে।” সোর মপী ’মগা লোয়ননা ঐনা খুমখি, মখা তাখি—“নঙনা ঐগীদমক ৱাবীবসি হেনমল্লে, ইরাইবক্কীনি, ইরাইথুংগীনি, তোক্লসি ……— পূম্নমক তোক্লসি!” সোর অসি ফুনগৎলকখি। মখা তাঙমদনা ফমুংদা মায় উপশিন্দুনা কপখি ঐ।

“করিনো নঙনা পামলিবদি?” মানা সোর মপী অমা শাংনা হোম্থরদুনা হংলকখি।

“নঙগী নুংঙাইনবা শীনৰা। নঙ ঐঙোন্দগী করিস্থু ফংদে। নঙনা ঐবু নুংঙাইনৰা শীল্লি। ঐনা নঙোন্দা ৱাহন্নবতা ওই। ঙসিদি ইমাবু খর কৌবীরু।”

“করি ৱানো মদুবো? ঐ তাবা হৈন্দে। নঙনা হায়রিৰা পূম্বদু ঐবু কোক চাউহন্নবা ৱাফম ঙাক্তনি।”

অসি হায়রমলগা মা চাকশঙলোমদা অমুক চঙখি।

০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০

মাগীদমক খনরনা ঐ শিবা ঙমদ্রবনি। নত্রবদি শিরমল-গদবনি নহান্না। করিগীনো মানা ঐবু অম্লুক লুনা তৌরিবা? ঐ ইশক ফজে। হোয়, শকনা কৈদৌরুনি? ঐদি চহি অমগী মনুংদা থা অমতম্লু কন্না লৈবা য়াওখিদে। থা অমতম্লু লায়েংদনা তোকপা য়াওখিদে।

নীংশিংলি, অতুঙৈ নোংমা ইবান্নি শকখঙনবা কুইদ্রিঙৈ লাকখি মানা ঐবু উনবা। ইবান্নি হায়নখিবনি উনসি নুমীৎতু। অত্তবু ঐদি হকচাং ঙমদতুনা লৈখি। কনাম্লু লৈখিদে। ইমাম্লু পাজিম্লু থবক চৎনখি। কনাম্লু লৈতে—মূপনগী লৈকায়গী ইনম্মা অমগা ঐগতা।

ইনম্মনা নুংমিদাংৱাইরমতুদা হায়খি—"মাদি লাকলে রজনী!"

—"কনাবো? ......লৈতে হায়খোবা ইনম্মা!"

—"হৈমা! কৈগীনো? ......মশা ঙমদে হায়খিবনা ফৈ ইবেম্মা। রাজেনসে মবুক ওন্থোক্লা ফরমগদবা মাল্লি। ঐদি ওন্থোক্লা নুংশিজগ্রে।"

ঐ থুমখিদে। তুমিন লৈখি। অতুবু ইপূক্নীংদা থনখি—"মামুক মবুক ফববু লৈরিদ্রা অনীশুনা? মামুক নুংশিববু য়াওরিদ্রা তুংংসিদা.........." তুমিন্না মীৎ উইশিনতুনা লৈখি। অনাবতু খাঙখি। থম্মোয়নুংগী রাহং কম্না ইদোম হংখি-- ইদোম থুমখি।

করিগুম্বা মতমদা খুম্বা ঙমদবা কয়া য়াঙখি। কয়া কুইনা ঐনা অস্থুম্না খল্লুরবা। ইনম্মা লৈরমদরে। কদায়দা চৎখ্রবা?

ঙহাক লৈরগা ইনম্মনা ঈশিং খরগা গুলি অমা অনীগা পুশিল্লকই। "সে, গুলিসি চাউ।"

"কদায়দৈনো?"

"চাদ চাশিল্লু, খর কনখৎনবা।"

ইনম্মনা য়ান্নুংদা ইনশিল্লকখি। ঈশিং খরগা য়োংশিনখি। অমুক হীপথরে। সোর চনিং তানা হোনথনবা লাকনখি।

"রাজেননা লৈরকপনি নঙগীদমক।"

"মানা?" ঐ য়ান্না ঙকখি। "মাদি করম্না খঙলিবা?"

ঙসাই মোবীদা হংবদা খঙখিবা ওইরমাল্লে।"

"ইকায়জাখ্রে ইনম্মা!"

"কমদি তৌনি ইবেম্মা?"

নুংশিবা! ও নুংশিবা মানা পীরা হীদাকনি খনবনরা? মীৎকূপ অমখু ফারমখিরোই গুলিচু য়োংখিবা; হোগৎতুনা ফমনাংলকখি ঐ। ফমখি।

"নকোক ঙাৎবা ফরবরা?"

"ঊম!"

"ফরবা? হরে হরে ইবেম্মা!" হায়ঙম তৌঙমদবী ইনম্মনা মখা তাথরকখি ইরায় লায়না—"নঙগীসিদি খোইবী লায়ননিদনা!"

ঐ ইকায়বনা উঙখি! অদুম ওইনমক ঐনা য়ান্না খঙনীংরা অমদি, করম্না মানা হীদাকসি লৈরুরিবা? করম্না ঐগী অনাবগী ডাইগনোসিস খঙলিবা? তপ্না তপ্না ফমুংদগী হোগৎতুনা নপাল-লোনদা থোরকখি।

"কদায়দনো ইবেম্মা?"

"হকচীক লাংনিংই।"

"থাবলস্মু কৈ! হকচ্ক লাংনিংনি। অদুবু নুংশিবা লৈনমদি ফংলরোই। হৌজিকতা শাৎলম্বনি ফুগায়না হৌজিক্তি কেনখ্রমাল্লে, লৈনম তাখিদ্রে লৈশক উখিদ্রে।"

ঐ খডই, ইনম্মনা হায়রিবা খিবীক। অদুবু মাঙ্গোলগী উখোকতেনদা ডারগা থাবলগী কুম্মৈ য়েংখি। চা থকনীংই হায়দুনা ইনম্মদি চা লোলহৌরি।

"মানা ঐবু অস্মূক খনবা করিগীনো ···?"

O O O O O O

ময়েং তাখিগদবা খল্লি মাগা ঐগা লৈমিন্নরবা তুং, মাগী ঐগী নুংশিনবসি। ঐগী শককী লাংদা মানা থুরুবনি। শক হায়বসি লৈমিন্নরবা তুংদা ফজবগী গুণ হন্থরক্কনি। নুংশিবা হায়বসিস্মু থুংনরবা তুং ময়েং তাথরক্কনি। মতমদুদা মানা য়েংনিংলক্কনি শকহেল্লবী কয়া! মশা মউ ফবী কয়াবু কল্লক মীহৌরক্কনি। ঐ ইত্তোমতা নীংবা কায়হেগনি।

ঙসিদি চহি ১৫ হৌখ্রে। ইচা অহুম শুরে, চাউরে ঙম্না। খল্লম্বা পূম্বা অমতস্মু অচুম্বা ওইদে। পূম্নমক অরানবা ঙাকনি। মানা ঐবু হেন্না হেন্না নুংশিরকখি। মখোয়গী অহলশিংনা ঐবু চবেৎনৈ হায়দুনা য়াদ্রিবা মতীক মানা ঐবু নুংশিখি। মতম খুদিং ঐগী নুংঙাইনবতা খন্দুনা লৈখি। নোংমা ফাদোক ঐনা থরায় নুংঙাইহনদুনা চাক চাদবদা মাস্মু চাদে। ইনাক্তা কমদুনা

লৈ। ফাগী তৌই, ঐবু নোকহন্নবা। মা ফাগী য়াম্না হৈ, মাগী ফাগীদা ঐ নোকতবা ঙমখিদে, ঐ নোকখি। থব্রায় নুংঙাইখি, চাক চামিন্নখি।

"নঙমুক নুংশিববু ঐনা কদায়দগী ফংলুগনি!"

অদুবু—

ঐনা লৈরিবা মথৈদি মাগী মকোক শাবা কোক্কনি হায়বা থাজদে। মসিবু নুংশিবা অমগী মফমদা নুংশিবা অমনা পীগদবা দঙিরা? ঐ নাবসি করম্বা মতমদা কোক্কবা! ইপোক্কী লোয়নরকপগুম লোয়নরকলবা অনাবসিবু করম্বা মতমদা কোক্কবা? নোংমতম্থু হীদাক চাদনা লেনবা নুমীৎ য়াঙখিদে। কনাম্থু থঙইনরকত্রে। হামু হামুনি খন্দোকনরকলে—ইমুং-মনুং; কৈরোই-লৈকায়; ইমা-ইপা। লুনা মতম খুদিং ঐগীদমক থনবীরিবা হায়ববু মাতনি।

ঙসিদি থরবু কোমজরে। ইচাশিং ঙম্না চাট্রিরে। চাকথোং ফৌশু ঙমলে। ঐতগা কনজরবদি মহাক কয়াদ হরাওজগবা, পেঞ্জগবা!

মানা ঐবু লুনা তৌবা। ঐবু থরায় নুংঙাইহন্নবগীদমক ঐনা থরদং কনবগা সিনেমা, ড্রামা নত্রগা টুর প্রোগ্রাম তত্তনা শেমই। লায়েংবা ওইনা তত্তনা দিল্লি কলিকাটা নত্রগা বোম্বেদা চংলি। কলিকাটাগী বোটানিকেল গার্ডেন্দা শাখিবা ব্লারী, খঙহৌদনা অকনবা নোং চুথরক্লুনা থ্পমিন্নখিবা ভশোঙবা নারক্কা ...........। আগ্রাগী তাজমহল য়েংঙৈদা শেল তানবা হৈরবা

ফোটোগ্রাফর পাখওহ্না ফিল্ম স্যুটিংগুম কাপখিবা ফোটো ময়াম, রোমানটিক সিন অমদি পোজ ময়াম ······ বোম্বেগী হেঙ্গীং গার্ডেন্দা চীক্লা শাখিবা ব্লারাঁশিং·····তন্তনা চহী নৌথরুবা ··· লৈমিন্নরবনি, ইচা অহুম শুরবনি কাউখিবা ! কমলা বুট হাউসতা সন্ধ্যাগী তবুম তবুম্বদা কাখৎলুবদা উথিবা মুপী নিপা জ্ রাগী অঙকপা কুম্মৈ ! জু হু বিচত্রা উরুবা হোলি উৎকী ফি থোংনদ্রবা ন্নুপী নিপা কয়াগী কুম্মৈ ! সমুদ্রগী জ্বার কারকপদা ইবান্নিমক চেজেৎ কোনশিন্নহুনা তাওথমিন্নখিবা······ফি থোংনদ্রবা হকচাং-সিদা খওহৌদনা মশক খওদবা তিল অমনা ফৈবোম মরুদা ওন্থোক্লা নানা লাকখিবা ! ঐনা খংহুনা লাউখিবা ! মাবু চেৎনা কোনখিবা······ফিভমহুদা ঈথক্লা ঐখোয়বু পাকলবা লৈঙোয় থক্ত হুন্দোকপীরম্বা······কয়াদ ইকায়রজখিবা ঐনা····পাখৎতুনা ইবান্নি ডাক্তরগা উনরুবা ··· ডাক্তরনা ইশি শিনা নোকলগা হায়রকখিবা— "হু কাদবা তীননি। করিস্ন তৌরোই।"

তশেংনমক ঐগী তেল্লবা পুন্সিবু মানা শাংহন্নবা হোৎনখি।

পুন্নমকসি হেনমল্লবনি মী অমগীদমক্তদি। ঐ মাবু অমুক ন্নাহনবা পামদরে। ঐ মাবু নুংঙাইহননিংই। করি তৌরগা মাবু নুংঙাইহনগনি? মাগীদমক ঐনা লৈবসি মখোয়গী অহলশিংনা পেনদে। অহু ওইরবদি মমাগা তান্নরগা মুপী অমা থিবীবদি? মহু ঐ থাঙবা ঙমদবা য়াই। অহুবু ঙমনি মানা হরাও-হরাও ন্নারবদি। ঐ শোয়দনমক থাঙবা ঙমনি।

নক্করবদি মুংশিনরক্কই, অপাম্বা পোক্কংকই। কয়া কয়ানি মুমসিদা লৈরমলিবা মুপীমচাশিং, লৈশাবীশিং, লাইরিক লাইশু ভম্বগী, থবক ইনথাং নোম্বীনবগী। কয়ারকনো মঙোন্দা পীখিবা খুদোংচাবশিং। পুম্নমক অরেম্বনি। মানা করিস্তু খনখিদে। কনাবুস্তু লাম্না লৌখিদে। মচন মচাগুম লুনা চাম্না তৌরি। মাগী মাগী মতম য়োরকলহুনা ময়ুম মকৈ পাম্নখি। অওং অউন তমখি। নীংলুবগী রাংমদা তামখি রাখলহু! ওসিস্তু হায়রি মানদি ইমুংগী থবক ইনথাং নোম্নবা অঙাঙ অমতং থমসি। মতম খরদং লৈরমলগা য়াম্না য়াম্না থোংদোকলগা চৎখিবসি এখোয়দা মাঙজবনা হেল্লি হায়হুনা এ য়ানিংলকতরে। মা থোইনা কন্না হায়দে। হন্দক্তী মঙোন্দা থিরকলো হায়রবনি, মাস্তু থিরকতে। এনা ওম্বা মতমদা য়াবমখৈ নোমই। ওনদবা মতমদনা মানা পুম্নমক তৌই। মশাগী থবক নংনবা চৎখি। করিগুম্বা পেন্দবা অমতস্তু ফোংদোকতে।

"ইচা বেমবেমনা থবক ইনথাং খর-খর ওম্নকপসি কয়াদ মুঙাইরবা! মাদি নঙদৌনা তেরোই। তুপ তুপ মশা-মউ ওন্থোক্লা ফগ্রে!" মানা তক্তনা নোক্কুনা হায়।

নোংমা বেমবেম, মবুং ইনো, মৌপা নিংঙাইজাও বোরো অমনা অমুক তান্ন, অমনা অমুক তান্ন: চাবমখৈ চাক্করগা ওহাক লৈরগা অমুকস্তু চাক লামই হায়রহুনা রাকৎলে। এনা চামনগকমল্লি হায়হুনা চৈরুই। মপানা হায়রকই—"করি চারগা চাক লাম্বা ফগনি ইচাশা? চাক থোক্কৎপা মতমস্তু ফরক তারি।"

"লফোই" ইমোনা
"কবোক" বেমবেমনা
"হলবা" লোবোনা
"চারুরো, চারুরো" মপানা লুপা অমম পী।

"নাগদবগী শরুক য়াম্না চারগা ইশা ইউ ফনা তূপ-তূপ লাউনা লৈবনা ফে। চৎলো চৎলো।" মখোয় অছুম হরাওনা চেনখি।

"নচাশিংসে নঙভনা লম হেলহল্লবনি।"

"ফৈনা ইচাশিংসে, করিবু হেনবা য়াওগ্রবা? ইমোসি ইঞ্জিনিয়ার ওমহনসি!"

"নত্তে, ডাক্তর ওমহনননি।" ঐনা থুমখি।

"বেমবেমনা ডাক্তর ওমহনস্ল ঙাংয়দনা" মানা হায়রকখি।

"বোবোদি?"

"মাদি মরৈ য়েৎকল্লি, অতুনা উকিল ওইহননি। কমদৌই?"

"ফৎবনে।"

"ইবান্নিসে মত য়াম্না ত্তিন্নৈ।"

"অমনা হায়বদা অমনা য়েৎতবগী রানি।"

"মতুবু কৌএ মত ত্তিন্নবা।"

"নুংশিনৈ হায়দি কৈদৌবা?"

খঙহৌদনা মানা ঐবু এম্ফোক্লা চেৎনা কোনশিন্দুনা চুপ্পীখি।

"অঙাঙশিং উখিতুনা তোকলরনি!" ঐনা মাবু কন্না ইম্ফোকপা লাকনৈ। অতুবু মাদি ঐবু হেন্না কন্না লাকশিল্লকখি।

তাং ৪।২।৮২ ইং

## ॥ মপাদুনা হয়াঙজবৈ পনখৈ ॥

অয়ুক্কী পুং ৮ তাবদা ঐখোয় মখোয়গী অচৌৰা গেৎতুদা থুংলুই। মহুগী পিলর অমদা নেম প্লেট অহনবা অমস্মু থেৎলম্বা থেংনৈ—

এম, এম, সিংহ।

বি, এসসি, (অনর্স) বি, ই, (সিভিল)

এক্সেক্যুটিব ইঞ্জিনিয়ার, পি, ডব্লিউ, ডি।

থোঙ হেক হাংদোক্লুনা চঙখিবদা থেংনৈ—লংত্রিক লংত্রিক লংনা পোলিস তকথোকখিবতা মঙায়রিবা কার, জিব, স্কুটর অহনবা গেরেজহুদা।

"হায়-হায়! কনা-কনা লৈ?" সাহেব পোকপনা ইমুং-লোমদা লাউখি। কনামতা খুমলকতে। ঙহাক লৈরগা কার ড্রাইভররা কনানো পাখঙ মচা অমা থোরকই।

"হায় তোম্বা, নঙ' সাহেবখোয়দি?"

"সাহেবতি লেঙখৎত্রিমাল্লে খুড়াইবুঙো।"

"ইহে! সে-সে, খাউসি নতৈম'বেম্মদা পীরুচো। নঙ সাহেবনা চানবা কৈ-কৈনো খর পুবীরকপনি। হৌদোকলু হায়য়ু ঐ লাকই তম্মু।"

"ফনি খুড়াইবুঙো!" খাউহু পুশিন্দুনা চঙখি।

## ॥ শরৎচন্দ্রগী ৱারী মচা মচা ॥

"মসিনা মীথুংফম কানি।" মানা কা অমদা থোঙ হাংদোক্লুনা তাকই। কনা-কনানো তরামুকস্তু ফমছুনা লৈরম্মী। সাহেব ঙাইরিমাল্লে।

"মসিন তুমফম কা। অসিনা অরু-অহেন থমফম কা, আদৈ-সিনা চাকশঙ। মসিমনা গাড়ী থমফমনি। অতুগা আদ অমা লৈরিবসিনা গোদাউননি। মথক্তা কাখৎসি।"

থাক মথং-মথং কাখৎলি। মথক্তস্তু মরোল অমা শাগৎলম্মী ইরুজফম খোঙহামফম মথক্তস্তু ঙম্না অতুম্মক লৈরম্মী। ফজ-ফজরবা গমলাদ লৈ-শু ফজ-ফজনা থাই। করি-করিনো মানা ঐঙোন্দা পংতাক্তা তাকই।

মশক মতৌ ফজরবী মৌ নহা অমা চাকশঙদগী থোরকপহু মথক্তগী ঐথোয়না উখি। মুপীহু তমনা সাহেব পোকপনা হংখি—"চাক থোংলবরা মাইহু?"

"হৈমা খুড়াইবুঙো," মুপীহুনা নোকলহুনা খুমলকখি। মখা তারকখি "হৌজিক মৌবীরকপরা? ঙরাংহু সাহেব মশা মুংঙাইতে হায়হুনা চারা হেল্লমাল্লে। অতুদা খর ঙম্না হোৎনজরবা।"

"ফৈ-ফৈ। করি ওইনা ঙমজ্রিবনোনে নঙ সাহেবপো?"

"খঙদেদা খুড়াইবুঙো। কানগী কোকঙাও লায়নারা কৈনো ......" মৌ নহাহু নোকলহুনা চঙখি।

"এঃ তৌনিনে! হৌজিকসিনবু।"

থৌরা কয়া শাদে। য়েংগদবা য়েংহুনা লৈ! মরী চৎপা লৈহু মফম চানা চানা য়েৎশিনবীরগা হায়— "মসিগী লৈসি

বিলাটতগী চেনবনি। মসিমা হৌনবা হোৎনবদা লুপা শিশিং অহুম হেন্না চওখ্রে। চহিচুপ্পা শাৎপা লৈ জাৎনি, ফজখ্রে হায়।"

"লুপা অস্থুক য়াম্না চঙবসিদি করি করিদি কান্নে হায়বগে?"

"কান্নবা হায়ববু লৈ ফজনা শাৎলি। মসিনা য়ুমসিগী রাশি হেনগৎকদৌরিবনি। সিদ নত্তে, মসিদা থারিবা গমলাদ হৌরিবশিংসিস্থ ঐখোয় মণিপুরগী অমতা নত্তে, মীরৈবাক্কী চেনবা ঙাক্কনি।"

ঙহাক লৈরগা মালি অমা লৈ শুশিংহু ঈশিং চাইরৈ।

"হায় হায় ইবুঙো, নঙ সাহেবনা লুনা তৌজবা লৈ অদবু খুইথরকপা উইদা!"

"হোয় খুড়াইবুঙো, হন্না মুংশিং থর চানদবসিদা তৌমান্নে। খুৎশেমগী রেদর শেমহুনা য়াম্না কন্না হিংননবা হোৎনরিবনি।"

"শিহনবা য়াদে, শিহনবা য়াদে!"

অঙাঙ অমনা চা কপ অনী পুখৎলকই। ঐখোয় অনীদা অমমম পীরমই। চা থক্না থক্না ঐনা হায়—"লুপাদি কয়া চঙখ্রে য়ুমসিবো?"

"লাক্ষ অহুম মখায় হৌজিক ফাওবদা চঙখ্রে। মথোল-সিমা লোইবদদি তরুক তরেৎমুক্তি য়োরনি।"

"অস্তুক য়াম্বা শেল য়ুমসিদা থাজিনদৌ শরুক লৌ·শিং থর থৌরাং তৌহৌবনা ফদৌনি।"

"হন্দক পরি অমগা লৌশিনবহুগদি লৌ পরি ১০ দি শুরেদা ..... য়ারেদা।"

"লৌ পরি তরা! লুপা লাক্ষ অহুম মখায় চঙবা য়ুম। জীপ, কার, স্কুটর! মীনায়-মীশল!" ঐনা ঙক্না মখা তাখি—"থমলিবশিং অসিদি তলবলা তাদ?"

"মান্নি, পুজারি বামনয়ুবাসি লুপা ৩০০ পী চাবসু থাকই। মালিসিনা লুপা ২০০ নি। ফিগু-ফিজামনবা দোবী অমা লুপা ৩০০ পী। অঙাঙ শেয়রিবী হয়ুবীসিসু লুপা ২০০ পী। ড্রাইভর অমগা ৫০০ পীত্নুনা থমলিবনি। থাদ মখোয়গী তলবতদা লুপা ১৫০০ চংলি।"

"ইবেম্মদি করি তৌরি?"

"ডাক্তরনি। লক্ষেলদা পুরি।"

"মবান্নিনা পুন্না কয়া চারি তলবতি?"

"ইমৌগীনা লুপা ২০০০ রোমতনি। ইচাগীনা ২৫০০। কোয়বা জাৎ নত্তেদা। সাইটতগী খর খর লাকপনা ঙম্মীবা হায়ছুনি।"

নোং ফুং ঙানবদগী চাদ লোনবদা হোটেল অমগা মান্নে। চাকশঙগী মৈ শুকমুং মুৎপা নত্তে। চেঙ মণ অমনা মুমীৎ ৪/৫ নিতমক চানে। অরাক-অরাকপা মখৈ পংচা চারবা জাংনিদা। থাউ তিন অমনা থা মখায় অমা ঙৌনদে। কৈদৌরুনি হায়' কায়দে। মৈগী ঈশিংগী; পোৎপাং চৈবাংগী জাৎসিনা মুমীৎ থুদিংগী ৪/৫ দগী তাবা নত্তে। অত্নুদসু নত্তে, হৌজিকী দোনেসন, টিকেৎ য়োল্লবসিনবু ফুরুপ ফুরুপ য়ুমদসু, অফিসতসু, পুব থাংব ঙব জাৎ নত্তেদা! গাড়ীশিংসিগীসু থাউনে, শেম শাবনে থাদ

নুপা লিশিং-লিশিং চংলিবনিদা !"
"অঙাঙদি কয়ানো তাইবুঙো ?"
(হান্নদি তাদ কৌরম্বনি। হৌজিক্তি মহ্ কৌরুবদা খুমলকতে।)
"অহুম"
"নুপা কয়া নুপী কয়া ?"
"নুপাদি অমখক্তা ! নুপীনা অনী। নুপীমচা অহলহ্ দিল্লিদা তমখ্রে। স্কুল অফবা অমা লৈ হায়রি মখোয় সাহেবশিংগী মচাশিংনা তম্নবা। নুপা মচাহ্না গৌরশিং খোংনাংখোঙগীহ্দা তমলি। অতোপ্পীহ্দি পাঁকলি। কোন্না থানি হায়রিয়ে।"
রারী শানা শানা কুমথরক্লুনা মীথুংফম কা মমাঙ অদোমদা ঐখোয় অনীমক চঙশিনমিন্নরকলে। সাহেব ঙাইরিবা, মবুক কংবা, মশা নানবা ময়ামগী মচীনদগী কামথোরকপা মুংশিরবা চুরুটকী মনমনা কাহ্ শেং কায়। সাহেব'পানা পর্দ্দা হাইদোক্লুনা মঙক থিংজিল্লুই।
"........এ তাইবুঙো !...—খুড়াইবুঙো !........মাইবুঙো !...."
মহৈ মহৈ মনুংদা ফমলমলিবশিংহ্না সাহেব'পাদা কৌনরকই।
"য়েঃ য়েঃ ঐদি কনা-কনা ওইরবোই নীংলুরে ! ঠিকাদার বাবু ঙাক্তনিদনা !"
"অহোয় ! অহোয় ! সাহেব উনজগে হায়হ্না ঙাইজরম্মী। চুরুট ফানবীয়ু।"
সাহেব'পানা মচৈ অমম্থু হেন্না শৎলগা ঐঙোন্দা লানশিল্লকই। "সে থকসি। সাহেবশিংগী চুরুটসি অমুক মহাও য়েংসি।"

মুশিল মুবা, চীনতোপ পানবা, পিশক পীকপা, খুনিংমুক শাংবা চুরুটতু চম্মী। মনম মুংশি। মহাওদি খংদে।

"অতুদি ময়াম পোখাবীহৌখো।"

"ফনি ফনি"

ঐখোয় অনী খোরকখি। মানা চুরুটতু অমুক্তং কম্না চিংলগা মৈখুতু শাংনা কামখোকলতুনা হায়রকখি—"মখোয় সাহেবশিংনা খকলিবা চুরুটশিংশি মমলদি য়ামই হায়ববু মহাওবু লৌফম খঙবজাং নত্তেদা …।"

…… …… …… ……

ইমুংদা চঙতুনা কাশিংতু য়েংমিয়ৈ। তুমফম কা, চাফম কা মথং মথং। খোঙ খুদিংগী অহনবা পর্দানা জোন-জোন! ফি-রোল হাপ্পা উপুশিংতু ফনা য়ামই। খুদিংমক মমল য়াম্ন-য়াম্নবা ফিতনা পীক পীক থল্লি। মুংশীং চঙদবা কা অমা খোঙ হাং-দোকখি মানা। হায়রকই—

"মসিনা ইরুজফমগা খোঙহামফমগনি। হৌজিক্কী য়ুমশাদি মসি য়াওনরবনি।"

"মসিমদি চাকশঙগা নরুমল্লিদা, মথক্তস্থ লৈহৌবদাইনে তাইবুঙো!"

"মথক্কীনা মথক্কী, মখাগীনা মখাগী। সে সে য়েংউ, নকনৈ হায়বতু মঙায় মনম মহাকা করিমতা লাকপজাং নত্তে। মনমদি আ অকাশতা!" মানা খুদোম্বী থিল্লি খোঙনাও হাংদোকলগা। হায়গুমলদনা খোঙহামফম অতু শীং নাল্লি, ইরুং-লংই, মনম মহা

করিমতা চেনদে। লুরিবদি কদায়দা হামফম লৈরিবনো খঙদে। ঐগী ঙকচানবা অহু উবদা মানা "সে-সে ঐ তাককে" হায়হুনা ফকলাংদা নপলিবা সুইজ খরদ কিং কিং নমই। লৈমায়হু শং-শং লৈখিবগুম তৌই। মখুন অমা লৈরমই। লংত্রিক লংই। শীং নাল্লি। "মসিনা খোঙহামফমনি। লোইরগা……" হায়হুনা কৈনোমদা কিং কিং নমই। ঈশিংনা ব্রা ব্রা কামথোরকই। লৈমায় পূম্বা ব্রাই তৈথোকখিবগুম শীং নাল্লি। কৈনোমদা অমুক নমই। লৈমায় অমনা অমুক খুমজিনখি। খোঙহামফমনি হায়বা থাজদে। "মসি হন্দক্ত পুথোরকপা ডিজাইননি।" সাহেবপানা হায়রকই। ইবান্নি অমুক থোরকই।

চাকশঙ কাদ অমুক চঙলকই। ঙাসাইগী মাইনুহু চাক ঈশিং থোং থাকপা লোইরমদোরে। "ঙসিদি লুক হাথ্রসি, চাক হাপচরবনি খুড়াইবুঙো।" মাইনুনা হায়রকখি।

"চাদবা য়াব্রদো ইচানা হায়রবদবো। করি করি মথেলদি থোংলি?"

"শারেং অমা, য়োংচাক অলু ইরোম্বা অমা, হব্রাই অমা ‥ ঙরাং হুমিদাংগী পেংবা থোংবা ঙারেনসু লৈ।"

"ফরে ফরে।"

চাকশঙহুসু শীং-মেন শিজিন্নদে। ইলেকত্রিক অমদি গ্যাসকী পোং-চৈ ঙাক্ত শিজিন্নৈ। অরং-অরংবা কোল-লিকনা পীক থল্লি। পুমঙাল ঙাল্লি, পূমলং লংই।

ইবান্নি অমুক থোরক্তুনা সাহেবকী কাদ চঙমিন্নরকই। তুম্বা হৌগৎখ্রমাল্লে, থংনবা কা অমদা ব্রারী শানবা তায়। ব্রানোম্বা

লাকপা শিংছু অমমমতা ওইনা কৌশিল্লি। সাহেব'পানা ঐবু মুড়া অমদা ফমহল্লি।

"ভাম্বিবা ওইনা ভহাক ফমলম্মু।" হায়রমলগা মহাক কা অমদা চঙখি।

সাহেবকা ঠিকাদারশিংগা ভাঙনবা তায়— "সাহেব, ঐনা পীজরিবসি তেন থাওজননি। ……য়ারবদি সাহেবকী এস, ও, না য়েৎলিবছু সাহেবনা খর থেমজিনবীয়ু। ঐবু থা নিপাল হেন্না বিল নমশিনবীবা অসিদা তোংত্রা হায়ববু পুম্মাং মাঙছনা তোকলনি। য়াররবদি পাস অমুক্কুং তৌবাদ্রবদি……।"

"ফরে-ফরে, ঐগীদি য়ারে। এস, ও, ছদি নশা-নশা ভাঙনরগা য়ানৌনে।"

"ভছদা সাহেব, মানস্থ মঙানি তাল্লিবা!"

"মছু পীথোকখো। কুইরগা ফত্তে, নিংথায়খিবা থোকলবদি লোয়না মাঙলেদো! নোংজু থা কুইরকত্রে।"

উপাই লৈত্রবা ঠিকাদারছু বিভুলা চুনা-চুনা মুরুম-মুরুম শোন্দুনা থোকখি।

মথঙদা অমা চঙলকখি। অছুমস্থ অছু মঙায়……শেল থীনবা, বিল থৌনবা…… খুজ্রু-মাজ্রুদা থবক লোইশিন্নবা।

অয়ুক অমদা কয়াদ য়ামথ্রবা শেনফমশিংসি খোমজিনখ্রবা! মসিবু কনাগী অমাঙবনো? ঐখোয় ইশাগী অমদি সরকারগী মাঙজবা নত্রা? শেনফমশিংসি থবকশিংছুদগী মৎকদবা নত্রা? করম্না মছুনা অফবা ফল পুরকনি? অছুনা ওইবা তাই তোমোর (সাহেব'পা) না নোংমা ভমখৈ লৈতনা হরাওখিবছু……।

চহি ৫ গী মমাঙদনি।

নোংমা নিংথম থাগী অয়ুক অমদা ঐ ভুরেলদা ইরুজগে হায়না থোরকলম্মী। লৈচিল তাকখ্রি। অথাপ্লদা লৈবা মরুপ অমগী মচা অমা গাড়ীনা তক্লুনা শিখি। মাগী অষ্টি থোকত্নুনা চৎতবা য়াদবদগী দগুনা ইরুবা থোরকপনি। ঈংলবা লৈচিল মরক্তুদা তাতোমোর ফৈজোম কুপ্পা পায়হনা চন্দন পুমঙৌ জৌনা ফাওদোরকই। ঐ উবদা মোমোন নোকই।

"এঃ কদায়দনো তাতোমোর! ওহ্যেক্লা ওল্লা হোৎনরকলে-দা!" মা করিমতা খুমদে। মায়থোংগী মোমোনদি হেন্নহুম লংলকই। নকশিল্লক্লবত্নদদি উরকই—মথুৎতা শঙ্গোম চকু অমসু লারোল তরেৎ খুমলহনা পায়ানা মনা পাল্লগা পায়রকপহু!

"কনাগী অথেনপোৎনোনে তাদ?" ঐনা হংখি।

হন্দক্তি মাইথোংহু হান্নদগী শরুক চান্ম হেনগৎনা লংলহনা হরাওনা নোক্ল-নোক্লহুনা হায়রকই—"মচা মনিদো সাব (সাহেব) কাখ্রে ওরাংদগী। গৌরমেননা লাওথোকখ্রবনি। সাব কাখ্রে। ওহাক য়োরুখিগে ইবো।......"

মথোঙ কোনতক কোনতক থুনা য়াঙনা চৎখি। মানা চৎখিবা য়েংহৌরহুনা ঐসু মোমোন নোকখি। হরাওজখি। মাগী মচা মনিনা সাব কাখিবহুদা। চহি কয়া চঙনা মঙজরকপা লৌমি তোমোরগী মঙ, অমতা পোকচবা মচা মনিনা সাব কাবা, সাব অমুক্তং ওইবা! ওসিদি নীংবু নীংলবদি থুংলেদনসে! মুংঙাইয়ু তাজোমোর, নঙনা মুংঙাইতনবু কনানা মুংঙাইগদগে!

অদুবু নোংম নিনি লৈরগা তাখি—তোমোরগী মচা মনিগী সাবদু অচৌবা সাব নৎলমম্রে। এন্ডহোগতা এস, ও, ওইবা ওইরমলে। মপা মচা মথ্বায় নুংঙাইতনা উখি থা খর। অদুবু খর লৈরগা মনি সাবনা মপ্পিগী মচা অমা লুহোংদুনা লৌখি। অদুনগীদি প্রমোসনসু মথং-মথং কাখি। অচৌবা সাব ওইখি।

...... ...... ...... ......

"লোইখিদ্রিবনে মখোয়গী রারিদুরো?"

ঐ খংপ্রেক খংখি। সাহেব'পান্না ইংাক্তা ফমথরদুনা হায়রকই— "সিনি! নোংমতা নেপ্পা তানা রা অমতা ডাওনফম খঙদে। মনদসু অফ্রিসত্তরু।"

"নজাহৈবুডোগী ময়াইফবা মতমনিদনা তাইবুত্রো! অদুননি। মখোয় এখোয়গী তুং ইল্লকউ হায়বা খক য়ারোই।"

খঙহৌদনা সাহেব খোড হাংদোরকই। চঙশিল্লকই। "পাবুংখোয়গী করি করি লৈবা? কোন্না ডাঙনরসি। ঐ হৌজিক সিংদাগী টুর লৈ। মী ডাইদুনা লৈরে।"

রাহৈ অমা ফাওবা তারম্বা তৌদনা অতোপ্পা কা অমদা চঙখি। ঙহাক লৈরগা মুমাংদগী গাড়ী থোদোকখিবগী মখোল তায়।

মপাদুনা নোকলদুনা হায়—

"সিনি অতো, নঙগী রাফমদু ঐ নোংমা চীক্লা হায়রগে মঙোন্দা...। চাক চখোক অমতংদি ইক্ক মাইথজরগা চাখিসিদনা। অদুগা তপ্পা হল্লসি হায়রা......।"

ঐ করি হায়গে হায়না মফমদুদা লাকখিবনা হায়বা ফাওবা নীংশিংখিদে।

---

# মনি মাইবা

মনি মাইবনা থোঙ্গাললোমদগী তহা তহানা চঙলকপত্থ উবদা ঐখোয় ময়াম হরাওবনা মহা ৎই। কপলিবা ইচান্থপা অতোম্বত্থগী মমায়গী, মকোক্কী হুমাং নানথোক নানথোকনা ঐনা—“সে, সে, ইচা অতোম্বগী অনাবসি ফননবা মাইবা লাকলে। মসিগী অনাবসি মাইবসিদা পাঁথোকখিসিকো। মানা হায়বদা য়াগদবনি।”

“কদায়-কদায়। অঙাঙসিরনে?” তা মনিনা হায়রকখি।

“অহোয় তাদ! ঐনগা য়ুমদা খুবৈ অমফাওবা লৈবা শংদ্রে। ঙসি নিনি শুরনাম্লেনে। কমদোরিজাংনো খঙদে। নারে নারেদা হায়ত্থনা পঙকপতা কপই।”

“ঙ্কিদা সোনদা লেঙশিনবীয়ু তাদ!” মুপীনা মুড়া থাই।

“য়ারে য়ারে” তামনিনা অঙাঙ মনাক্তা ফমলগা হায়। মখা তাথৈ—“কদায় কদায় ইবুঙো! সে, সে, ইপল অমুক্তা য়েংগেসে।” অসি হায়ত্থনা বিলাইতি বোলমুক চাউনা কামথংলবা অঙাঙত্থগী মখোঙত্থ পায়ত্থনা য়েংই। হেক পায়বগা হায়রকই—“এঃ কয়াদি কুইরে ইবুঙো?”

“ঙসি হুমনি শুরে।” মুপীনা খুমখি। মখা তাথৈ—

"নহানদি চুন্নতা শেক শেক্রুনা চৎলম্মী। নাই-নাই হায়বদি কুইরে। অদুবু নহুনা পোপ তুবস্থু বত্ত, ওহাক লৈরগা শেকৌ-শেকৌ হেক মচৎখি। ময়োল মরি নফমস্থু খওদ ·····মানদি পওচৎ-মচৎপহুদা করি খোইদোকপা তৈরোইদমাল্লে হায়হুনা লৈথোকলুরে। অদুগদি ওরাংদগীদি লেওবা লাকপা য়াদবমখে পোপ তুহুনা পওকপতা কপতুনা মরৈখ্রে।"

"সে, সে, ইবুঙো! ইপল ব্রা হায়গে।" তা মনিনা অঙাঙ চহি অনীতা মঙায়রিবহুদা হংই—"নঙ নমান্নবশিংগা শান্ন খোৎনবা, নম্নরুবা য়াওরুব্রনে?"

"অং-অং" অঙাঙহুনা মমাগী খোমলাং থক্ক-থক্ক থুমই।

"মহুদা তুখি-লাকখিবা য়াওব্রনে?"

"অং অং! মোমোনস্থু নমই, চেচেনস্থু চিংই, অদৈ—··· বালানস্থু ফুই।"

"সে-সে, ইবুঙোগা ইবেম্মগস্থু ম্নেংঙুনে, খুবোম মহাসিনি মানা খ্বাইদগী নারমগদবসি।" অসি হায়হুনা তা মনিনা মাগী চবৌ-চবৌবা মথুৎতুনা অঙাঙগী খুবোমহুদা চবিৎ-চবিৎ নমই। অঙাঙহু নামনখিবনা ফ্রিং ফ্রিং চোংহুনা খাওই।

"মসিদনি, মহাসিদা তেকলে অঙাঙসি। শরু মচেৎ তাববু য়াওরেনে। সে নঙস্থু তারুলাউনে ইবুঙো!"

ঐস্থু নাকোং থাংজিন্দুনা তায়। "হোয়নে, তাদনা লেঙবহুদা মখোল অমা তাবঙমদি তৌইনে।"

"হো-হো! মহুনি মহুনি! শরু অকাম্বশিংছু তরুবদা থোকলিবা মখোলনি। অঙাঙ হায়বা, ষন হায়বা, নাতৈ চাখিত্রবা পোৎনিনে ইবুঙো! সিবু নহান্না নৌরিঙৈদা মীরোল তাবা খোঙ্গুল লৈবা ওইরবদি য়ে, ইমা পাবুং ঐ সুম সুম তৌদনা ইমান্নবা হোঙবসিগা চাউবসিগা নম্নকুবদা কাউনকখদা তেকখ্রে খোৎখ্রে হায়রবদি কম্না থুনা ফগদবনো! হেজিক্তি শরুশিংসি মফম চাদনা শৌজিন্নববু হৌজিনখ্রে। মখোঙবু কোনগনিনে মসিনা অস্তুম্মক য়েংহৌত্রবদি। খরদি নাবা তাইদো। ইনৌ নেনা মফম তানবা অমুক শেম্বা তারে।"

"নুপা মচানিনা তাদ, মখোঙ চাপোৎ নত্রেদা!" নুপীনা হায়বকখি। "অঙাঙ অহলসিনগী হাক্তক্কা কযা অমনো. নোং চুবগবু লু থুম্বী শান্নরিবনি হায়তুনা চুবি মখাদা তোৎতুনা শান্নে, ইঙবনা শিবা তারে হায়তুনা মশা শাগল পায়তুনা চিংখৎলুবদা হুনাই হুকতোকখিতুনা হেজিক ফ ওবা অঙৈবা নাইরিদো তাদ। অঙাঙগী শরুসিনসু খর হেনমাল্লেদা নেবসি তাদ!"

"ঐপা! অহুনবু অঙাঙ নহা অনৌবা হায়নরিরনিনে ইবেম্মা! নৈখ্রপোৎনি, পায়বদা পেৎ পেৎ লাউরিবনি। শদোংনা অসি য়োনা থানা কুপখ্রবা খোঙ খুৎকী শরুস্রিদি হায়রুনু, কোক্কী তুম্বাসিকাওবা খর ফিভম চাদনা পোকখিতুনা সৈপ্রে নাপ্রেবা য়াওনরবদি য়্যা থাউ তৈনহুনা মেৎ মেৎতুনা শেম্নরিবনি ইবেম্মা! শেম্বা য়ারিবনি। নহানা শরু নৌই হায়তুনা পাখঙ মচাশিংনা য়েন অনৌবা থিনরি—শরু মাঙদনবা।"

—"শরুসিস্থ মতোমতা শৌজিন্নব্রনে তাদা ?"

"এঃ করি ব্লানো ইবেম্মা, মচেৎ-মচেৎ কায়রবা হকচাং মন্নুংগী শরুসি অছুম হুন্দোক্লুনা থমলবস্থ মতোমতা শৌজিন্নখি। অছুম্না শৌজিন্নখিবা শরুছু মপাঙ্গল ব্লাংলি। মওং মরিল কায়। অছুনবু মাইবা মাইবা হায়ছুনা শন্নরিবসিদি !"

ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা—"কান্নদে ইবুঙো, ব্লাচপ খর শেন্নবা থেরাং তৌ। অছুগা ইবেম্মা নঙনা অঙাঙছু থম্বা য়ারবদি খয়োম অমতংগা থৌ তৌথোকপা তারি। মছুগী মপোৎ মচৈ তাদ হায়গে খর লাঙউনে।"

"করি করিনো ইবুঙো, ইন্দোল হেক্তা শেমগে, ইশুসিদা ফহল্লম্মু। য়েংহৈদে য়েংহৈদে ইবুঙো, অস্থুক পীকপা অঙাঙসিদবু !" ইনানা চঙলক্লুনা হায়রে।

"সে সে অছুদি ইন্দোল !" তামনিনা মথা তাথে—"লাংথ্রৈ মতোল ৭, ঙান্থু মরুম অমা, লুকমাই তরেৎকী কবোক অথুম অহাও, হৈরুক পানা দক্ষিনা······।"

ঐস্থু থাঙ পায়ছুনা ব্লাচপ শাবা থোকলকখি।

লাই-তিন অচা পুজা থেদৌ লাংদোগা লোয়ননা লং অহিংবা তাহুনা ব্লাচপ ৭ শেনছুনা বিলাইতি বোলগুম পোমখৎলবা ইচা অতোম্বগী মখোঙ অছু শমখি মাইবনা। অঙাঙছু কপ্পনা কপ্পনা মহা ওইখি! ছুমাং অনপ্পী কাখি। তিং-তিং লাউব্রবা খুবোম অছু মফম তানবা হন্না-হন্না লৈথেকখি। অঙাঙছু থাং মথক্তা ডোরবা ঙাগুম ক্রিং-ক্রিং, চোংনা থাঙখি। ঐখোয় ময়াম চঙছুনা

নমখি। ঙৌরোক ঙৌবা অঙাঙহ্ মাইবনা মুকলকপা খুদিংগী ঙাংশং ঙাঙশিল্লকখি অসুম অসুম! তাইফেৎ তাইরকখি অসুম অসুম ··· অদুদৈ মুশিন মুনা ৱান্থখি ······ !!

মশা পূম্বা হুমাংনা অনপ্পা কাংই। মকোক মরু হুমাংতনা পূমচোৎ চোৎলি। অঙাঙগী মতৌ য়েংহৈদে, হুমাই পায়হনা হুমখি। তিংদম ৱান্থহনা লৈখি। মনাদি পেহৌ পেহৌরম্বদগী কপথোরকখি।

"তাদ অঙাঙসি খূতাম্মা তৌখ্রে ··· অমুক্তা তোকখিসিবা!" মুপীনা মমাই মমীৎ নাম্থোক-নাম্থোক্লা হায়রকখি।

"হেরা ইবেমশা!" মনি মাইবনা শাউনা খূনলকখি—"ফবা শেম্বনি, খরা খাঙবা হৌনৈনা।" ঐঙোন্দা — "সেনে ইবুঙো, ৱান্থরিঙৈসিদা মূক্তি চুম্নবা ৱাচপসি লাকশিনহৌসিনে! উম, পূন্নক ইচা নুংশিনবা ঙাকনি। শোয়দনবনিনে হোৎনরিবসি!" ঙাঙন-ঙাঙনা য়াম্না হৈ-নিংনা ৱাচপ থাবা লোইশিনখি।

"সে-সে, মসি ঐনা হয়েং লাকত্রিকাঙবা মফম লেঙহনবা য়াদে, তূম্বা খোৎপদা নাম্থোকতনবা নবাম্নি চঙহনঃ শেন্নৌ। হেক নাম্থোকখিবদা লাইজৌগদৌরিবনি।"

ঙহাক্কী মতুংদা ইচা তোম্বা জ্ঞান তারকই। ৱানা নাহেরকই। মমানা খোম ইনবী। মাঙঙুরবা কুহ্ হনজিল্লকই। মুপীনা মপি তৈথোকই।

ভামনিনা হায়রকই—"ঐ অনাবা অমা'নি য়ৌরুখিগে। কৈস্থ থোইদোকপা তৌররোইকো।"

ঐনা লুপা ১০ পুথোক্লুনা কৎলি। দণ্ডবৎ শাংনা তৌই।

"সে, সে, নচাগী অনা অয়েক পুম্বা ঙসিদগী কোকপা ওই-জরো।" হায়দুনা কোকতা শীৎ শীৎ নাম্বুবীরম্মী।

ঐনা হায়খি—"তাদ, অঙাঙসিদা ফহনবীরমউ। মতীক চানা অরামন তৌজখিনি।"

"ইহে, রা অমবু লৈনে ইবুঙো।" মাইবনা হাম্মরকই।

"ভাকপায়্ তাদ।" ঐনা খুমখি।

"ঙসিসি য়ারবদি ইয়াম্বা লুপা য়াঙ্খৈদং পায়খিগেদো।"

"করিগীনিনা তাদবু?"

"সুমদোবনি, মরুপকী শেন্থাং পীগদবদা মহা পাপীগী অঙাঙ অমনা ঙহাক্লনি হায়দুনা লাকখিবা অদুগা ঙসি ফাওবা মশক উদে। ঙরাং লুহোংখিবা সুনতাখোয়গীনি। ইচাগী লুহোংবদকাদি নপাদুনা হান্না নাঙ থানা পীরমলিবনি। ইকায়খ্রেদা ইয়াম্বদি। য়ারবদি উপাই অমতং তৌনে?"

"অদুবু হৌজিক্লি সুদেনে তাদ। কুনখকতি লৈ, হয়েংদু কুনথ্রা অমা হাপচরগে নত্রগনা হয়েংসি অঙাঙগী ফিভমসু য়েংবা ওইনা ঙহাক কোয়থোকপীরকউ, মহুদা শুনা হেক্লা তৌজরগে হায়ববু।"

"ফরে ফরে, কুন্দুগা পায়থ্রগে। মরুপ মপাংশিংদগী খর অমগা লাকথোক লাকশিন তৌবা হায়বদুনি।"

লুপা কুনচৎপী অমগা পুথোক্লুনা পী। হাম্নগী দক্ষিনা তরাদুগা লুপা কুনথ্রাদু জেপতা হাপচিল্লদুম্না হাম্মরকই—"য়ৌরে য়ৌরে ইবুঙো, ইয়াম্বা অমুক য়ৌরে ……।"

"ফনি তাদ লেঙবীরো।"

মা' কৈজোম মামৈ চাউনা য়েপশিন্নুনা লিচৈ হুকি খুদাংদা ম্নাল্লহুনা থুনা ম্নাঙনা চৎখি।

...... ....... ........ .. ...

হুমীৎতুগী অহীংহু কয়াদ ৱানা লেনখি!

মানা ৱাচপ থাহুনা পুনশিল্লম্লবা ইচা তোম্বগী মখোঙহু য়েংহৈখিদে। মবুক থল্লবা বিলাইতি বোলদা নমখায়বহু মঙায়! ৱাচপকী কারক কারকতা লংনা তিং-তিং লাউনা লৌৎথোকলকলিবা শদোংশিংহু মীৎকুপ খুদিং মনিল নাইরকখি! ফোঙ-ফোঙ শাই। অঙাঙহু চীকলে নারে হায়হুনা অহীং চৃপ্পা ফর ফর ওন্না কপ-লাউই। ঙহাক ফাংবা মীৎকী কক্লা অমতম্ব উইশিনখিদে। মমাগা ঐগনা নাক-নাক ফমহুনা হুমাই হুমই। মমৈদদি হুমাই মুন্দুনা শেগায়রকলে। মখূৎনা পুল্লিবা ৱাচপ শেৎতৎ ফাকতৎ-লকলে। করি উপাইনো তৌগদবা?

"ঐদি য়েংহৈদ্রেদকো ইচাগী মতৌসে!" কপচেপ্পী মমানা মপি ঈরা চেন্না হায়রকখি। লূকথহুনা মচাবু ঙহাক পোত্থানবম্ব কামলুরি। মমায়হুদহুম অঙাঙনা কাংশিনবীরকখি। নাম্বগে হোৎনরম্বা মীৎলুগী পি শিম্বরকখি অরেপ্পা লৈতনা! মাগী পি নৌবহু উরুরগা ঐম্ব পি তাখিবা খঙহৌদে।

কোন্নথঙদা থোনা অমা লাকখি ঐঙোন্দা। ৱা অমতা হায়রমদনা ফুক হৌগৎখি ফমুংদগী। কাতি পায়হুনা চঙলকখি ঐ।

"কৱিনো তৌরিহুবু?" মানা ঙকনা হংলকখি।

"লৌথোকলসি !" ঐনা খুমখি "মসিদা লৌথোকলসি!"

"মাইবনা চৈরদি ?"

"চৈবা চৈদবা অঙাঙসি শিবা তারে।"

মখা তানদনা ঐনা রাচপকা লংতু ফৎ-ফেৎ চপথৎখি।

ও! কয়াদ নারিগবা! শাংল-শাংলবা রাচেৎ তরেৎকা মফমনা ইচা তোম্বগী নোরবা খুবোমদা কোৎথোকখিবগুম মমি লৈরম্মী। ইপাল থাগী ঙাওরবা ইচেলবু পম্থিংগে থোরাংলুবা নমখায়হনা হাংথক নাইম্রবা ইচেলনা ইরৈগা লোয়ননা চেনখিবগুম থুনমক কৃংল কৃৎলবা রাচেৎকা মফম মেনশিল্লকখি ঙাওরবা ইচেলনা! খঙহৌদনা লাউনা খোংনা মৈচাক থাঙলম্বা অঙাঙহু কপ্পা তোকখ্রে! উতুপ তাবগুম ঈশি শিনা ভুমথখি। ও! কয়াদ চীক্লবা অহীংনো! হোজিক্তা খঙলকখিবগুম তোই অহীংহুগী অচীকপহু......নোংয়াই মতুং পুং ২ তারমলে। ইচাবু নান্ন-নান্না মমাসু ঐসু তপ্পা তপ্পা ছীপথখি।

ঐদি ঙহাক তুমথরুরগা মীৎকপ থোকখি।

"মোমোন-মোমোন !"

ঐনা মমাবু হৌদোকখি।

নোং ঙানফুং-ঙানফুং তোরমলে।

মাসু অক্ষিং অফাই ওইনা হৌগৎলকখি।

"কৈদোরগে ?" হংলকখি।

"অঙাঙসে ডাক্তরদা অমুক্ত পুরুসি। ঐ মাম্না মুংঙাইত্রে। তেকলিবনি, পোমলিবনি ছায়বসি এক্সরে লৌরগতা খঙলগনি। মাইবগী মরাসি জ্ঞান তাদে।"

"মাইবনা শাউরবদি ?"

"শাউরগা শাউরেদনা ! ঐখোয়গীদি ফরগা লোইরে। ভাইখো, নঙবু নখূৎতা শেলগা অমত্তা লৈত্রব্রা ?"

"লৈত্তে, লুপা মঙাখক লৈজরম্বস্থু ঙরাং লাই খুরুম্বগী পোৎ-চৈ লৈখোক্লুখ্রে।"

"ফরে, সনা লুপা থম্বরা, পূবরা, লাকপরা লুপা চাম্মদং থিরুদবা য়াদ্রে। অহানবা গাড়ীদা চৎখিসি। তলবস্থু কুইত্রেদনা।"

* * * * * *

ডাক্তরনা হায়—"এঃ কৈনো মফমশিংসিদি ?"

"মাইবনা তেকপনি হায়দনা ৱাচপ থারম্বগীনি।"

"কদায়ৱাইদা তেকই হায়বগেনে ?" মূক্লুনা য়েংই।

অঙাঙডু ক্রিং ক্রিং চোংই, ৱাইথে। মমানা হুমাই হুমই। মমীৎতা মপি ঈরা চেল্লি। ঙরাংগীডু নীংশিংলকই।

"মসিদি জ্ঞান তাদে; তেকলিবনিস্থু খঙদে, পোমলিবনিস্থু খঙদে, মসি এক্সরে অনীদং লৌথোকলগা রিজল্ট য়েংলসি। তেকপগী সিমতোমস্থু ফংদে। পোম্বভুন মাল্লি।" ডাক্তরনা হায়খি।

"লাইওকপা ওইরম্বস্থু য়াই হায়ডুনা মাইবনা খয়োম চবানগস্থু থাদোকখ্রবনি।" মুপীনা খুমখি।

"খয়োমগস্থু লাকখ্রবা ?" ডাক্তরনা নোকই। করি করিনো খর ইরগা "এক্সরে ডিপার্টমেন্টতা পীরুচো।" হায়ডুনা ঐঙোন্দা পীরকই।

এক্সরে ডিপার্টমেন্টতা মরুপ খর লৈরমডুনা থুনা হোৎনবীখি। স্নেপ অনী লৈরে। রিজল্ট ফংলবা মতুংদা ডাক্তরনা হায়রকই—"অঙাঙসি তেকপা নত্তে, পোমবনি।"

"তেকপা নত্তবা ডাক্তর·······?" শাউনীংবনা ঈ কাখি মাইবন্থবু! ·······মানা ঙরাং শম্বীরিবনি হায়ত্থনা ইচাবু অৱাবা পীখিবা! ফনবনি হায়ত্থনা ৱাচপ থাত্থনা ইচাবু অহীং চুপ্পা ভূমহনখিদবা! চিৱবা মতমসিদা লুপা লৌখিবা!

ডাক্তরনা অমুক চে অমা ইরগা পীরকই। "ইঞ্জেক্সন অসি ঙসিগা হয়েংগা কাপথোকপীয়ু। চীকলকলবদি গুলি অসি পীজো। হয়েংগুম্বা মচিন নাইরক্কনি। হংচিৎ থাঙ থাসি!"

"থাগৎচরি ডাক্তর!" ঐখোয় কাত্থদগী থোরকখি।

য়ুম হেক য়োংগা ইমানা হায়রকখি—"মনি মাইবা লাকলম্মী, য়াম্না কুইনা শঙলম্মী। মানা হায়ববু লুপা কুনথ্রা লৈহৌরি হায়না। থৌবনা খাঙবা ঙমত্রহ্থনা ইমাগী লুপা ২০ লৈজবত্থ পীখ্রে। তরাত্থ হোরেল মুমিদাংৱাইরম লৌবা লাক্কনি হায়রম্মী।"

মখা ভারকই—"ইশুগীনা করি করি হায়রকলবা?"

"পৈশা লৌখি হায়বা অবোক! মমায়ত্থদা অমাংবত্থম লংশিনগেনে" মুপীনা শাউনা হায়খি। ঐনা খামই।

"তেকপ নৎলমত্রে ইমা।" ঐনা মখা তাখি—"পোম্বা ওই-রমলে, হিদাক কাপলকলে। হংচিৎ থাঙ থাগনি হায়হৌই।"

"কয়াদ ঙকখ্রবা মাইবনোসে! তেকলবনি হায়ত্থনা শেলম্মু ভিংহনবা, ইশুবুমু ৱাহনবা! য়াম্ন' মচাত্থ লাকখিসমু খঙনি, শুম-চিৎনা কনগে মমায়দা!"

ইমুংগী মী পূম্নমক লোইনা শাউনখি। ঐদি শাউফম খঙখিদে, নোকনিংখি।

---

# নুপী অতোম্বী

ঐখোয়না হেক চঙখিবগা মহাক্তী হান্ননা শেম-শাত্নুনা লৈরমলবগুম প্রপ-প্রপ চেন্থোরক্কুনা য়াইমদা ভক্তি তৌই।—
"ইবাইবু! কদোম' লেঙবীরুবা?"

য়াইমনা শাউনা খুমই - "ঐখোয় পাউ পুম্নমক ঙম্না তানরে। অঙাঙশিং লৌগে হায়দুনা লাকপনি।"

গুলাপীগী মঙক্কু হান্নগা খরগা পৈবনে, মমাম্ন মায়দাস্নু হৈনৌগী মংংনি। মবাইগী ম্লাঙাওত্নুদা মথম্মোয়দু চিং লাউনা পানখিমাল্লে, মমাই মমীৎ মঙক পুম্বা শেপ্রে-নাপ্রে, অমুক্কা মবাই য়াইমদা ভক্তি তৌরগা হায়জরকই— "মত্নুদদি তেংবীম্নু ইবাইবু! পুম্নমক নশেন্না ফনবা শীনজগনি। মুনিন্দ্রো (মাগী মচা অহল) মমানদি কৈস্নুবু নাচুংবীদে। ঐগুম্বনবু হোঁজিক ইকাই হঙ্গোইদনা হায়জরবদা অনী লোনবা ইতিক নচ্চদে। মরুপ-মপাংশিং অমগী মায় য়েংনবদগী শোয়খিত্নুনা ঐঙোন্দা অত্নুক নাম্মা থোংদ য়াদবগী থোকখিবা হায়বত্নুনি। নোং'-নিনি মঙায়, অদৈদি অত্নুমক থিঙ্গখ্রগদবনি।"

ভক্তি অমুক কৎলি, মখা তাথে—"মুনিন্দ্রো মমাতদি পুবীখিন্নু ইবাইবু!"

॥ শরৎচন্দ্রগী ম্নারী মচা-মচা ॥

মাইমনা শাউনা খুমলকই —"তৌরম্নু তৌরম্নু খীৎ! লাক-মিন্নরিবা মরুপ মপাংশিংসিগী মমাওদা ইকায় । নওননে ভুৎ-পাৎ ভেবা য়াবা নঘাই মাইমদি নত্তেহে ইবো! জিলা তরেৎকী ঈশিং থকলকলবা নিপানি । অঙাওশিং কৌথোরকউ ।" অত্তুদগী ইমুংলোমদা ওনশিন্নুনা —"কদায়, থাদোই— থাদোই! ··· মুনিন··· মুনিন্দ্রো !···" কনামতা খুমলকতবত্তু তারত্তুনা অঙাওশিংত্তু কনাদ থৈখ্রবা? শাউত্তুনা চৎনখ্রকরা হায়'রানি ?—মত্তুননে করিগুম্বা ফত্ত মুংদ থোকলবদি ফত্তে হায়নুকো ঐবু ····!"

মচিং ফত্তে খঙবা মবাইনি। শাউদনবা হায়ত্তুনা অমুক্কা ভক্তি তৌরত্তুনা গুলাপীনা খুমলকখি —"মদোমদা থোইনা খনবীগনু ইবাইবু ! মমান্নবী অমগী য়ুমদা থবক অমগী চৎনখিবনি । কুইথিদ্রি ।

"হায়মা তায়াই!" হায়নরিঙৈদা থংনবা ক্বাটরদগী থাদোইনা পোৎয়োম মচা অমগা চেম্থোরকই । "ইবুঙোচৌবা, লাউহেলাউহে, মাময়াইমাখোয় য়েরকলে, চৎহৌরসি" ····মমায় মমীৎ ইপোম পোম্বমখৈ হায়রকই ।

কদোমদগী চেম্থোরকখিবনো, থাদোইগা গুলাপীগা পোৎয়োমত্তু চিংনৈ । অঙাওত্তু মুন্নৈ । ওহাক ইন্না কাওনরমলগা মুপা কৌবনিনা মানা থাদোইবু নমত্তুনা ইমুংদা ইনশিনখি । লাউখৎনরকই! খৎনখৎলকই! —"থাদোকউসে! থাদোকউ! ঐবুদি মানা হেল্লেদনা পুরকইবা নত্রো! নত্তু অতোম্বীত্তু কোন'লৈ য়াদ্রো? নওনা পাম্বীত্রবী ঐবুদি থাদোকপীরোনা ! চৎচখ্রগে ইয়ুমদা, ইবুংশিংসি লাকলিঙৈসিদা ··· !"

—"ঙাইখোনে মুনিন্দ্রো মমা ! নঙবু অমুক্তা তপথখো হায়বা ! লৈরিবা লন থুম সম্পত্তী পূম্বা নঙগী ঙাক্তনি । অমসিমদি ত্তৌ' শারিবা হায়তুনি, হয়েংদ মঙায়রে চৎচখিগদবা ···!"

"মুংঙাইদা ···· মুঙাইদ হে পোথো !" থাদোইনা মবুং য়াইমা অমদি ঐখোয় ময়ামগী মাঙদা মুপী থোকনা খুমলকই —"হিঃ নঙগী করি করি নরল নথুম ! থাদ লুপা ২৫০ খক ফংবা চৌকিদার অমথক ওইজরগা ত্রৌজ শাবিবা ফুত্তানি মতা· দো ! ···· সরকারগী কাটর শেগায়বা অমদা লৈরগা পুম্নমক শোৎতুনা পূতুনা চাবা, ইমুংনেনা চফু মঙক তৎপা অমগা সিলভরগী পুখম সম্বোবী কাবতুগা কোঙোগী মগ শেগায়বা খরতুগা কল্লক· পীদৌ মামত্রো ? মসিদবু কল্লকচদনা লাকনিদো হায়তুনা লাকলিবা ত্তৌ'ঙম্বী 'য়ামুনবা হেদোং অমুবাসিম্ব ফনবু ঙকইনে ! ঐদি ফরেদ হায়রিবনি ! চেন য়াদবৈ লৈবনি । হৌদোং অমুবাসিংবু উশিন শিনবারবদি এদ চৎচখ্রগে ইপামদা ! মুঙাইনা লৈজরুরগে ইবুং ইপব্রাশিংগী মরুম থুপতুনা ···· "

"ঙাইখোনে মুনিন্দ্রো মমা ! নঙবু অমুক্তা তপথখোনে ····"

"করিগী ঙাইবা ! নতু লোম্নি হায়বা খঙবা নঙনা নতু খাইননি হায়বদি খঙত্রা ? চৎথোকউসে, লাউ ইবুঙো চৎসি !"—হেতুনা চেন্থোরকই । গুলাপীনা ইপৈ পৈনা ভান্নরকই । বিভূলা চুই । পোৎম্নোম মুম্নৈ, ইম্নৈ, কাওনৈ । অঙাঙতু কপখৎলকই য়া য়া !

"ঙাইখো ঙাইখো ! জ্ঞান অমুক্তা ত্তানখিসি !" য়াইমনা চঙশিন্দুনা হায় । মচনমুপীনা মবুংগী মরুমদা থৈজিন্দুনা লৈ ।

গুলাপীনা ভক্তি কংলহনা হায়রকই—"ইবাইবু! হন্দক্কী মতাঙ-সিনতদি নশেনবু ভাকপায়ু! য়ারবদি মুনিন্দ্রো মমা মচাবু থম্বীরম্মু! সত্যনা সাক্ষি! ঐ হয়েংমক খিন্দোকচখিগে তমুবী (অতোম্বী) অসি ....!)" মখা তারকই থাদোয়দা ওনশিন্দুনা— "মুনিন্দ্রো মমা, নঙ অমুক্তদি খাহৌদা! ইবান্নিবু ব্রানা হৌদোকমিন্নরকপনিদা। রসন চাহনা ... শৌগ্রি মহি থক্রুনা ... " শুৎ-শুৎ কপলকই য়াম্না থাজদনা!

থাদোইস্মু নীংশিংবনি। মীৎলুদা পিরাং থ্রুমলকই! মপামম্দা অহুক হাক্লা মুংঙাই য়াইফত্রবস্মু পিবা ময়ামগী মরক্তা নিঙোল মতোমতা য়াওবনিনা শেৎনিংবতা শেৎ, চানিংবতা চা, তৌনিংবতা মখা তম লাকচবনি থাদোই। লাইরৈ নংই খঙনা খঙনা গুলাপীগী পৈরপ চেংবা নুংশি মীৎয়েংদা শুপ্পাংলুবনি। অসুম খোকউ তম্লকপনা মানদি হায়নৈ ঙকপৈ গুলাপী, অহুবু থাদোই-দদি সনা ওনখি। মাগী শকথঙনথিবস্মু কাও হীদাক কাপ্পা লাকপদনি থাদোয়খোয়গী লৈকায়দা। খ্বাইগীদা কাও হীদাক্কা ঈশিংগা য়ান্নরগা কোরোসিনমখৈ ব্লেকতা থাদোকচখ্রবস্মু থ দাইগী য়ুমবুদি গুলাপীনা ঈশিং হিদাক কেরোসিন প্রোপোরসন চানা থীৎলগা কাপ্পীবদগী কাও পুম্বা দোরা তুনা শিখিবনি। খ্বাইগী য়ুমদা ফমুং ফান্নুং, কোল লীক, উপু কাংথোল মায়খল, থোঙ-থোঙনাও থিদনা পঙকাপ কাপশিল্লম্বগী মহুৎতা থাদোইগী য়ুমদদি পুন্নমক শোকতনা কাপলম্বনি গুলাপীনা।

"ঙসিদি চাক হাপলম্মু থাদোই!" গুলাপীনা হীদাক কাপ্পা চৎলমদাইদা পম্প মম্বো পোরত্থুনা নোংমা থাদোইদা হায়খি।

"উম!" থাদোইগী পোজরবস্মু রাশি মত্থম মতুম য়াম্লরবা (গুলাপীগী মীৎয়েংদা) ময়াম্থু নোকলগা খুমখি। মথাক্তাথে—"চাসি লাউ তা'গুলাপী! সত্য ঙক্রা থোংলমগে, ইমানস্মু পীজনি হায়বনি। (হীদাক ফজনা কাপ্পীবগী ওইরম্বস্মু য়াই মমাগী মতম্থু।)

মুমীৎতুগী মুংমিদাংথু ঙাক্রা থোংবা মপুক কায়খৈ চামিম্ন-মগা চেনখিবনি মবান্নিমক …।

অন্থুবু, মুপী লোনবা নিপাবু হান্নগী মুপীনা ওম্মোক্লা শাউই। মুংশিদবদি নত্তে পারা অমতং তম্বীনীংবগী ৱানি।

থাম্বা য়াদনা নীংশিং ৱারী পুম্বা কাউথোকলগা থাদোই মবুং য়াইমগী মতুং ইনখ্রে, মচাম্মু, পোৎয়োম অমগা লোম্বননা।

গুলাপীগী অপৈবা মঙক, অপৈবা মীৎয়েং ৱাখলদা লপ-তুনা ওহাক তুমিন লেপতুনা য়েংখি। অশোয়বা মৃত্তিনা য়ুংবগুম।

ঐখোয়না চৎলমদাইদা অতোম্বীথুস্ম পোৎয়োম অমগা চেম্মোরকই।

"কৈনো নঙনা অমুক তমুবী। ঙাইখোনে!" "শোলকল্ন ঐঙোন্দকা! নতু ৱারকপা ঙমদবা অধামোরা! সে রা, তেম্না তমুবী ঐগী ইতিক খঙদবশাই …!"

"ঙাইখোনে তমুবী নঙবো!"

"করি ঙাইবা ! সি°এ; ঐবু নতু হন্নুবীসি'ই মমাঙদা য়োনবা!
নঙনা খেনহুনা নুংশিবনা উত্রবদি লৈবা ঙমদে হায়হুনা পুরকলগা মী মনাঙদা ঐবু ভৌগ্নী তাহনবা ! মরুপ অমগী মমায় য়েংহুনা শোয়খিবনি .... হয়েংমক খিন্দোকখিগে হায়বা, কচ্চা ... কেসেহে ! চকুনা মিরাংথুবা নঙবু কল্লকপাদোবোই নীংত্রা ? নঙবু মতু নচা লৈতে, খাইনখ্রে হায়খিবা নক্রাও ! অদুগা ঐবু মীমাঙদা য়োনবা ! চৎখিগে ইপামদা !"

"ঙাইখোনে তমুবী ! অমুক্তা তপথখো হায়বা ! মী ইবাই-খোয় লাকপহুদা ভৌশারিবা হায়হুনি ! হৌজিক্তি রাই শংলে-দনা। মমা মচা চৎখ্রে। ইবান্নিতা মুঙাইনা লৈহৌরদৌনি।"

"পেঙ্গরে পেঙ্গরে ইবুঙো। মীগী ভেসপা খর রায়, মীগী মফি-মরোল খর রায়, নোং ফাদোক লুপা ১০০ চৎপী অমা ভেপত্রা হাপলগা ভৌরম্বা ফুত্তানি মতাদো, শারম্বা অফিসারদো... মনুনস্থ লৈতবা, থবকনি হায়হুনা ফোরগ্রেড অমা ওইরগা পেঙ্গরে, পেঙ্গরে, চারা হেনবা হৈনজদে, নুমীৎ মশীং য়ামদ্রিডে চৎচ-ক্তারগে।"

অসি হায়হুনা তমুবী চৈনা থিল্লুরবা খোইঙৌগুম ঙংহুনা পাইথোরকই।

"ঙাইখো তমুবী !"

গুলাপীনা ফি ফি কামলিবা খারোগী মকোক ফাবগুম তমুবীগী খুদাং তাপ ফাম।

"শোকলক্তু ঐঙোন্দকা!" ফং কম্থোকই।

ফনা কুইনা মবান্নি ইন্নৈ-কাওনৈ মুকনৈ। কাইনথংদা মশা মউ ফবী তমুবীনা মশা পাবা গুলাপীবু লাক্লুনা ইম্থোকখি! কুং-ফু ষ্টাইলনি! ফোর্স কল্লবা শাফুদুগী মতীক চানা খোঙফম শেনহৌদ্রবা গুলাপী নাল্লবা ইশং মথক্তা নীংখাঙননা য়ৈশিন্দুনা ভাখি। মতু য়েংলমদনা তমুবী হন্ড্রেড মিটরগী লমজেল থাবম্লক য়াঙনা মনীং তেকথোক্লুনা চেনখি! শুগংতুনা চৈনা খাঙহৌরিবা গুলাপীগী শক্তম রিক্সা মথক্তুগী ঐখোয় পূন্নমক তশেং তশেং উহৌই।

# ॥ ঈশিং গ্যাস অমতদি থকচহৌগে ॥

বিল ফংদে। য়াম্না রানা হল্লকখি অহাংতু। শুক তরেৎ সুনা মল্লবা অহাংতুদা বিরেনগা ইবান্নিতনি লাকলিবা। শেম্বী-দবনা কিস্থগদৌরবা স্কুটর অমনবা অহুনা ঐখোয় অনীবু য়াম্না রানা চিংহুনা পুবারি। বিষ্ণুপুরগী এল, এল, আই, অফিস নমাঙগী খরদং ঙমখৎলকপা তাঙ্গাহুদা চিংঙু য়াদ্রবা গাড়ীহু নমহুনা চিংহন্নবা সেকেণ্ড গ্যার শিন্দোকলগা ক্লৎচ পায়শিন্দুনা এসিলরেটর অমুক অনীরক্তং রং রং পীশিল্লি। খঙহৌদনা ঙাল্লবা নৈঙাল মরক্তা নপূক পীক থল্লবা হেণ্ড বেগ অমা লম্বী ময়াম-নক্তদা তাবা উই।

"বেগনি বোনধু! শেলগী বেগনি! ফংজোবু হায়রবদি হেক্তা নফংবনি।"

হরাওনা ইবান্নি গাড়ী খামলগা বেগতু তাপ খুনগৎলি। "কনাস্থু উথিদমাল্লেকো" ঐনা হংখি। তুং-মাঙ হন্না য়েংই। লুন লুন লাউই, চীক চীক লাউই, পায়খৎলুবদ—নীকলুবদা। "অচোইবা খরস্থু য়াওরিমাল্লে।" ঐনা হরাওনা বেগতু তাপ কোনশিল্লি। গাড়গী টুল বোক্স হাংদোকতুনা এুনমক হাপচিনখি।

"শেলসি খজিক খরাকত্তি নত্তে ভায়।" বিরেননা হায়। মখা তাথে—চেনা লুম লুম লাউরবা হায়বসি ওখাকনা য়াম্লম্লনি।"

॥ শরৎচন্দ্রগী বারী মচা-মচা ॥

"কুইনা লৈথবা চুমদে।" ইবান্নিমক থক থক কাখৎনহুনা পাইবমখৈ য়ুম য়োনবা থৌন্নরকই। চৎন চৎন মানা ব্লারী হৌ-রকই—"শেলসি ঐনা স্থম খনবদা লুপা লিশিং য়াখেমুকতগীদি পংতা তারমলরোই। মসি চাক্লৌবগী নংনবা কায়রুবা মাল্লি। ফৈদ! ঐখোয়গী মঙা/তরা তাববুদি ফগু লৈতে হায়হুনা পীদবা, মখোয় অচৌ অশাং শঙ্ক লৈবগীনা মরৈবা। ঈশ্বরনা ইবান্নিগী হৃয়েংগী ব্লাগদবহু উরহুনা লেপনমক পীনবীরবনি। ওরাংগী মঙ চুনইনে ভায়। ইবান্নি ফিভটি ফিভটি।"

ব্লারী শানা-শানা লাকপনা য়ুম য়েৌখি। হেক স্নৌবগা সনামহী ইবুঙোদা দণ্ডবৎকা লোয়ননা হান্ননা কৎখি। মতুংদা বিরেন ইবান্নি ঐগী কাদ চঙহুনা শেল মপুন খোল্লাইনবা হোৎ-নখি। থোঙ থোঙনাও চেৎনা লোনশিনখি।

মুপীনা ঐখোয় অনীগী ইতৌ উরগা হায়কখি—"কৈদৌবৈ অহুক চেকশিন্না হোৎনদৌরিনো? শেলনি হায়দনা হৈক্রু মনাদ য়োন্নবা, কোনস্থ কোন্নররোইদৌহুবো। মীগী সনা হন্দোকতে হায়হুনা তোম্বীহু মুংথিল নুমীৎচুপ্পা কৈথেলগা কাদবমখৈ ঙাই-রম্বনি। চৎখিববু কুইখিদ্রি। ওহাক লৈরগা লাক্কনি হায়রম্বনি।"

"হোয়দা হোয়দা! অমুক্তহুম লাঙলকখিন্নু। হিসাব অমতহুম বিরেন ইবান্নি তৌনিন্নখিগে।" ঐনা হায়খি।

মুপীনা মখা তারকখি— "অহু অদা খঙদে, ঐগী হৃয়েংগী খরদি খাকহৌদবা য়ারোইকো।"

বিরেন্না ফুত্তানি মচা অমগা লোয়ননা হায়খি— "লিশিং কয়াবু দরকার ওইবগেনে মেমচা?"

"খঙজরে খঙজরে ইবুঙোখোয় ! লিশিংগী ফুত্তানিকা তৌবী-রন্নু। য়ুবী শোৎলুবগী লুপা ৩০, লফোয় ক্বা চুরুট ভারা পুন্না লুপা ১০০ খক্তবু পীবীরবদি য়ারে।" নুপীনা খুমলকখি।

"এঃ ওন্থোক্না দাই হল্লেদা !" বিরেন্না হায়খি।

"ভালোহে বোনধু!" বেগতু খংহাং হাংদোকলুবদা ঐনা শোনখি। শাউনা নুপীদা ওনশিনখি—"নখোয় ঙহাক্তা চগৎ-চগৎ ঙাঙলকখিন্নু, মথা শাই।" ঐগী শাউরংনবহু উবদা নুপীনা খানা য়েংলমলগা চৎখি। বেগতু সননাইকাগী তেবল মথক্তা নীকথখি। চান্মা চৎপী মপুনগী মহুৎতা চেখি চেকুম মপুন মপুন গুথরকখি থ্রোক থ্রোক ! অচোইবগী মহুৎতা গোডরেজ আইরন চেসকা শো চবুন অমম্ভু তারকখি। মথঙদা শিল ১/২ মু নম্থরকখি প্রোপ প্রোপ। মতুদগী শুপতেক নাতেক শারবা রিভিন্ন্য ষ্টাম্প থর। শেলনি হায়বা পৈশা অঙাঙবী অমা কাওবম্ভু য়াওরেমদে। বেগতু মথা লাওনা ফাক্তোকতুনা য়েংলবা মতুংদা কাচিন্দা লাক্তুনা লংথোকখি।

"ফজৈ ফজৈ ভাবকী দলান !" বিরেননা ফাক ফাক নোকখি। "য়েন্নরসি ফিভটি ফিভটি !" শিল অনিহু অম্না মানা পায়হৌ-রগা অমনা ঐঙোন্দা য়েম্থোক্লবা হৌরকই। মানা পায়রিবহু হাঃ হাঃ কামলগা চে অমদা কিং নমই।

**Th. Dhonjao Singh B.E.**

**Asst. Engineer**

**P.H.E.D. ( South Div. )**

চে চাং মথং-মথং ফাক্তোকতুনা য়েনথোকই। লুপা লিশিং

৫০, ৪০, ২০, ১৫……………গী বিল ময়াম। "পুন্না লুপা লাক্ক অমদি হেনব্র হেল্লিনে। ইবান্নিদি ৫০ দবু পানরম্বনি। সে অহেনবসি নওগী ওইজরো।" মানা ঐঙোন্দা পুল্লপ তাশিল্লগা ইনশিল্লকই। অহুগা অমুক ফাক ফাক নোকথোকই।

"ঙাইখোনে ভায়!" ঐনা হায়খি— "মাবু মসি ময়ামসি হুন্দোকলমলিবসিবো কমদৌরমদগে?"

শো চবুলহু য়েংলগা—"মসি মাগী কাগী গোডরেজ্গী চাউর-চাউরবা উপুশিংহুগী শো ঙাক্তনিনেসে। ময়ু ঙাওরমনিয়ে ময়ু… !"

—"হেরা ভায়! দোলাই ভোংবীগীদমক ব্রাইকুপ পুবীনা ব্রাবীবা হৌনব্রাও?"

—"হোয়দা, খরস্থু ব্রাহনখিসি মখোয়সি বোনধু! পাক্ল থিল্লোইসিকো। য়েংখিসি। শো চবুল, অরোইবা বিল ময়াম, শো তরা উপু তরা। উপু তরা থুগাইহুনা হাংবা তারবদি লুপা য়ামখ্রে। দোকুমেন্ট ময়াম য়াওরবা বিলশিংসি তরাই তরাই অমুক শেমগৎপা ওইথোকতে। অহুনদি বোনধু, ঐখোয়না ফংলিবা মানসি ভেল্যু ম্রান্না ম্রামই। হায়বদি লিশিং তরা পীগে হায়বদা শেম-শাবা ব্রারদৌবনি হায়বা। মংকৎ ওইনা লুপা লিশিং ৩/৪ দা ওইরবস্থু নত্রগা লিশিং ৪০'৫০ ভাবা থবক অমদি বিনাদ লৌনবা ম্রাবা মতাংনি। হয়েংস্থু ছুটি, হংচিৎস্থু….মশেমস্থ….মরো ফাওবা য়েংলগা থিল্লবস্থু থিল্লুসি। হয়েংদি খবরদস্থু শোয়দনা য়াওরকপস্থু য়াই।"

অস্থুন ঙাওনরহুনা ইবান্নি নীংবা কায়না কায়নখি।

ঘুমীৎ খরনি হৌখ্রবা মতুং—

নোংমা।

"মরা মপাউ অমতা তাদে বোনধু!" বিরেন্না হংলে।

"হোয়নে, এনা! সুম হংবদা সাহেবতু নারেং কোঞ্জিন লোম-দগীনি হায়নবু তায়দা।"

"এঃ বোনধুস্ম কূপ্না হেক্রা থিজিল্লম্মবা জাৎনিনা।"

"করি রানো বোনধু! কান্নদোবা মীসিদি থিজিনহৌবনা নফরে।"

"হোয়, অতু কমদোসি হায়বা?"

"হেক্তা থিল্লুরসিনে।

থাউ লিটর অহুম শোৎতুনা হাপচিল্লি। বিল ফংলগা শিংনি হায়হুনা। লুপা ২০ মুক অমগা পূতুনা ফুরীৎখাউদা হাপ-লগা বিরেন ইবান্নি অয়ুক য়েনদা অঙনবদগী শকখঙনদবা সাহেবকী য়ুম থিবা, মাগী মপোৎ পীবা ইখোঙনা খোংনা চৎখি।

"ইবান্নিনা মসি পীবদা য়াম্না হরাওনিহে বোনধু!"

"করি রানোনে বোনধু! মাগীদি লাইফ লাইননি। থবক তৎপা য়ারিরানি বোনধু! মসিবু হেক ফংবদা ইবান্নিবু লাইদোনা খল্লদবা জাৎনি।"

"নারেং কোঞ্জিনসিবু ভায় চৎলুরব্রা?"

"চৎলুদ্রিবো! পুন্সিদা অমুক্তা য়ৌরুদ্রি।"

"মৈতৈ মচানা ফাওই ফাওই হায়নরিবসিদি পীকখ্রবা মণিপুর-সি ফাওবা সুনা খঙবা মী মশিং য়াওবু য়াওরমলোইদা বোনধু!"

ম্বারী শানা শানা লাকপনা নাস্তক তৌবা হোজং অমা থেংনৈ। থোঙ্গালদা জিপ অমা থাউ ফুনবরা করিনো ফু ফা ফু-ফা তৌদুনা লৈরম্মী।

"রা অমতা হংজগে।"

"হায়বীয়ু।"

"নারেং কোম্পিনসিবু।"

"সিনি।"

"ও, অদুদি থোঙ্গাও সাহেবকী য়ুমবু?"

"সিনি, থোঙ্গালসিদা—" জিপতগী মুপাদুনা খুদোম্বী খিল্লি।

"সাহেবতুবু ঙসিগী চংথোকপীখিবকা...... ?"

"ঐনি।"

"এঃ" খঙহৌদনা ঐনা হায়দোকখি। মখা তাখি—"অদু সাহেব, করিগুম্বা অমতং...... ?"

"হায়য়ু?"

"সি অমুক্তা য়েংবীয়ু।" ঐনা বেগতু উংখি। মা করিস্ু থোৱা শাদনা উই। এসিলরেটর কম্না-কম্না ঙংদুনা থাউ ফুনবদু কামথোক্লবা লাক্লরি। মনাক্তা তোংলিবা থিকাদাররা কনানোদুদা কাবক য়েংলগা হায়খি—"ঐগী বেগতু ওইরিনি। হেক্তা থম্বীয়ু। ঐনা হায়বদুনিনে বীরবাবু, মতোমতা শোয়দনা লাকচগনি হায়দনা। অমুক্তা য়েংবীয়ু পোৎচৈশিংদু ..... !" অমদুনা বেগতু ঐঙোন্দগী লৌরগা ফাকতুনা পোৎ·চৈ সুত্রা মতাগুম য়েংবা লাকনৈ। সাহেবতুনা মখা তাথৈ গাড়ী ঙংন ঙংনা—

--"য়াওরিবা পোৎশিংদু অতৈদা করিমতা কান্নরোইদবনি। খবরদবু হাপলমলবদি কৈকান্দবদা লুপা ৫/১০ দুম তিংলমনি।"

অমদুনা খুমলকখি— "চুনইনে সাহেবকী অক্ক! অদুমক্কা সাহেব ওইবা জাৎনিহে। হায়'দি সাহেবকী ফার সাইদেদ ভিটুদুবো বা!"

নবান্নি হেনা নোকমিন্নরগা চে চাং শো চবুন মথং-মথং য়েংই। অদুনা হায়—"ঐগী বিলদুসু 'সিদা য়াওরেনেসে। লেঙলসি সাহেব!"

সাহেবনা থুনমক নম্বর ৱান গ্যার পানখি। ঐখোয়না খন্নবগা, মখোয়না তৈখোরকলিরদুগা, মুংশানা হাইগৎলকপগা, চাকনা লামথৎলকপগা, মাৎ না তন্দন পাইখি। খৌনাও চরম খ্রুক খ্রুক কংখি।

"ভদুদি অমুক লৈবা হেখো, ঐখোয় খিক্তং থেঙথ্রে। মতুংদা অমুক...... !" গাড়ী খোবা হেখি সাহেবনা।

ঐনা খোয়দো লংখৎলদুনা হায়খি—"অদু · অদু ·· অমুক্কা ওইবাখো সাহেব ··!"

খর থৌদোকলুরবা গাড়ী ব্রেক খংফা ফায়। ঐনা তান্নদুনা খম্মোইগী অপাম্বরা পামদবরা চৌন্দ থোকলকপা অমা হায়দোকখি—

"ঈশিং গ্লাস অমতদি থকচহৌগে!"

"ও!" সাহেবনা খুমলকখি। মথা তারকখি—

"য়ুমদা হেক্তা লেঙশিনবীয়ু। অঙাঙশিং লৈরমগনি। কৈদৌ-বগে হংগোইবীরুসু......... !"

লোইরম ফোইফাৎতবন্দৈখ পাইছনা পৌখি। নিপা অনন্তগা মবান্নি গাড়ী মন্নুংদা ফাক ফাক নোক্লখিবস্থু তাবগুম তৌখি।

"ঐখোয়বু ঈশিং থকলুখিগদ্রা হল্লগদ্রা ?…. "

ঐনা বিরেন্দা হংখি।

তাং ২০।৪।৮৪ ইং

---

# লাংওন মপোক অমদৈ

ইন্দিরা !

মসি নফমদি য়াম্নমক ওক্লা থোক্লম্বা য়াই। ঐ তশেংনা নঙবু য়াম্নমক নুংশিজখি। অদুম ওইনমক ফোঙদোকপদি ঙমখিদে। হোয় ! নঙনা ঐঙোন্দা ফোঙদোকনবা তাঞ্জা কয়ারক পীখিদবদি নংখিদে, ঐগীস্তু নঙোন্দা ফোঙদোক্লবা তাঞ্জা কয়ারক ফংখিদবস্তু নত্তে।

নোংমা নঙনা ঐগী কাদ মতম কুইনা ফমদুনা লৈখি। থম্মোইনা তানিংবা ব্রা কয়া নঙনা হায়দোকতনা ফমখি। ঐগীস্তু নফমদা হায়দোকনিংবা কয়া হায়দোক্তনা লমফৈ ব্রারী শাদুনা লৈখি। অদুদগী ইবান্নি য়েংনখি থম্মোয়গী অপেনবদুগী ঙমখৈ ফাওবা ! য়েংন য়েংন অদুমক তুনথনখি। ঐনা মীৎকপ থোক-লকপদা নঙদি লৈরমদ্রে।

ইন্দিরা, মুনীৎকুগী মঙ নঙোন্দা তম্মুরা ? তাইবংদা ফোঙ-ঙমদবা থম্মোইগী ব্রা কয়া নফমদা কয়াদ লায়না ফোঙলমলবা। নঙনস্তু কয়াদ নুংশিবা ব্রা কয়া ইফমদা তমলনলবা। মীৎকপ থোরকপদা ঐনা নঙবু থিখি। নঙগী কাদ হংখি। নঙ

॥ শরৎচন্দ্রগী ব্রারী মচা-মচা ॥

হীপলক্ষ্মী নঙগী ফমুংদা। ঐবু উবদা নঙনা নোকলকখি—ঐনা পামজরবা নঙগী নুংশি মীনোক্তুদা! থম্মোয়বু মহী চেলহলখিবনি।

"ঙসিদি খাঙবা য়াম্না রায়নো। কয় দ শাপ্রব মুংখিলনো! শিলোংদা অস্নুক শাববু থেংনথ্রবরা?"

"অহুনরা খঙদে ওঝা! ঐদি হকচাং ঙনদহুনা হীপালে।"

"হৈমা নঙবো? অহুদি ঐনা হায়গে খল্লিসিদি তোকলেদনা।"

"করিনো ওঝা?" নঙনা নশা ঙনদ ঙনদ হৌগৎলকখি।

"কৈস্নু নত্তেদা" ঐ চৎকে ত্তোরম্মী। নঙনা থামখি।

"ফমখো ওঝা! ঙসিদি হকচাংসে ইচোক চোকথৈ··"

অহুবু ঐদি রারৌখিরম্মী। ঙসাই অঙ্গুক চা থকমিন্নবদা ঐনা হায়খিবহু—"ঙসিদি ছুটিনি, সিনেমা য়েংলুসি।" নঙনস্নু খুমখিবদাই—"হোয় ওঝা!"

মহু ঐদি য়াম্নমক থন্নায় য়াওনা হায়খিবনি। অহুনা ঐনা শাওরেপ হায়খি—"ঐদি হায়নখিবা মতম চারে খন্না নঙনু হৌবা লাকপনি। নঙ নশা ঙনদ্রবদি ফরে তোকলসি।"

"সিনেমা য়েংসি হায়বহুরো ওঝা?" নঙ খংনিং নীংশিং-লকপগুম তৌখি।

"হোষ্টেলদা ছুটি মুমীৎ অমা মতম লেনবসি য়াম্না রাবনি, লাকও, চৎতুম চৎসি!" তন্নমক নহাক নফি-নরোল শেৎচিনখি।

মুমীৎতুগী সিনেমাহু ঐদি নঙতবু থম্মোয় পেন্না য়েংখিবনি। নঙনদি খঙলংদবস্নু য়াই।

নো মসু কোয়বা চৎখি ঐখোয় ময়াম, শিলোংগী য়েংবা য়াবা মফমশিং য়েংমিন্নখি —শিলোং পিক, ইলিফেন্ট ফোল, বিদল ভূল পব্বর্ত র ড'স লেক ............। করিগুম্বদা অঙম্বা চীং কাবদা নঙগী খুজেং পায়দুনা চিংখৎনীংলুই। নঙনা নিংশা শোর মপী হোনবদু ঐ য়াম্না রাখি। নঙগী মারথোংগী হুমাং মম্নিক হৈথোকনী লুই ইখুৎসিনা। অদুবু করম্নদি ঙমলুনি মী'ই মমাঙ-দুদা। করিগুম্বা মতমদা নঙনা ঐঙোন্দা ঙাথু থেংথুরকখি। ঐদি নঙবু কোনবীনীংখিবনি। খনখি থম্মোয়দা, ওইরমলবদি করিগুম্বদা নুমীৎতুনা বারুণীগী অহীং ........... অদুবু ঙমখিদে। ঐ তশেং-নমক রা অমতসু ফোঙঙমখিদে।

ফোঙঙমদনা লৈরিবা থম্মোয়নুংগী রাসি কয়াদি য়ামখ্রবা! মসিনা করিগুম্বা সিলিন্দর মনুংদা হানজিনখিবা গ্যাসকুম অসুম অসুম য়ামশিল্লকলবা, ঐ করি ওইনি? ঐ করি ওইগদগে হায়ফম খঙদে। ঐ য়াম্না রায়।

ইন্দিরা! ঐ নঙবু য়াম্না শাওনীংখি। নঙসু ঐগুম্না য়াম্না রানা থম্মোয়নুংদা থম্মোয়গী মরোল খঙদ্রবা রা কয়া ফূমলি হায়বা ঐ খঙই। থংননা লৈমিন্নরিবা কাদগী নঙনা নোকলকপগী খো-ঞ্জেল ঐ ভত্তনা তায়। খোঞ্জেলদুনি ঐনা য়াম্না হৈনদ্রিবা। ঐনা য়াম্না নুংঙাইত্রিবা। নোকলবদি য়াদ্রা ঐগী নাক্তা! নঙনসু ফোঙদোক্ত ঐনসু ফোঙদোক্ত ............! অসুম্না হৌনব্রা নুংশিববু? অসুম্না তৌনব্রা নুংশিববু? হোয় ঐনা তাখি, থেংনখি— নুংশিবগী মমলদি থম্মোয়ভনা লেপ্পী। ফোঙঙমদনা লৈরিবা

মুংশিবহু কম্মাদ মমল য়ামগ্রবা? ফোঙলবদি মমলু হন্থখিনি অসিরা। নত্তে, মসিবু করম্না ফোঙলসিগে খল্লিবা কুইরবনি।

নোংমস্তু তেক্সি অমদা ঐখোয় ময়াম নমশিন্দনা তোংমিন্নখি। ঐখোয় অনী থংনখি। ঐস্তু খূৎ থমফম খওখিদে, নওস্তু খূৎ থমফম খওখিদে। রানা কস্তুম চৎলম্বগী মুংশাগী কৈশানা কৈনে ইবান্নিমক ঙাশিন্নহুনা তূমথনখি। তেক্সি ড্রাইভরনা ফনা কুইনা হৌ াকলমলে। নও কাউরবরা ইন্দিরা ............ ইবান্নিমক খংপ্রেক খংনা মীৎকপ থোকলকলগা য়েংনখিবদো! গাড়ীদগী কূমথরগা রাথ্স লেক মমাঙদগী পোৎয়োনবী মুপী হুনা হৈ লৈরুলাও হায়রকখি! নীংশিংলুদনা ফজরবা মুল্লবা হৈখা অনী ঐনা লৌরগা নঙোন্দা অমা ঐনা অমা চাখি। তূমনীংলম্বা পূম্বা হৈগী মহাওনা চাম থোকখি। ঐনা খনখি ইন্দি, ঐনা চূপশিবা ভঙাংবা হৈখাসে নহাক্কী নৌরবী খজাই নাপোমহুনি। ভঙাংলবী চানবমহুনি! অহুদগী পোৎয়োনবনা হায়রকখি— "করোক খর চানা খর পায়শিনখো, ঙা য়েংলোইদ্রা?"

লুপা মঙাখক থাদখি ঐনা —"ময়েংহনা করোক্কা চানাগা হেক পীরকউ।" ঐনা হায়খি।

ঐখোয পাৎয়ায় ফাওনা শারিবা বার পানবা চূমথাং মৎং মাল্লবা থোংহুগী থোংয়ায় য়েরকখি। মীয়ামগী মরক খায়না ঐনা নওবু নখূৎ পায়হনা চিংশিল্লকখি। লাকমিন্নবা ময়ামস্তু কদায়দা চৎনখ্রবা? মানা মানা থোকপা চৎনখ্রমাল্লে, ঐখোয় অনীমনক নাইত্তোম ভাহৌরে।

থোংয়ার য়েঁবগা ঐনা কবোক খর থাদহুনা ঙাশিংদু থেমখি। অমা· অনী, অহুম ········ মথঙ-মথঙ ········ মরি-মঙা-তরা ·········চাম্ম', চনি, চহুম ···লিশিং!! ইশ, অঙকপা ঙাগী কুম্মেদো! অতুক য়াম্বা ঙায়ামদো! মখল-মখল, মচু মচু ········ মখোয় মশেল মরৈ মরৈ তাশিন্নহুনা কবোক চাবা তান্নবদো! ········ মতমতুদা ঐ কৈনোমা নীংশিংলকখি— ঐনা অঙাঙ ওইরিঙৈ, কাং চিংথোরকপদা কাং মথক্তগী ঐগ্যানা হৈরুক চাইথরকপদা অঙাঙ ময়াম অমনা হৈরুক মুন্নবদো!········ কুইরবা লিরবা ঙা ঙাক্ত! ঐখোয় মণিপুরদা অম্মুক কুইনা ঙা অনত্তস্থ য়োকপা ঙমলোই! মীগীদি কয়াদ ফজনা য়োকলিবা।

"অং ওনা! নৈতৈ মচাদি ফজববু কুইনা খক থমনীংদে! কল্লকই, মীহৌই! নশাগী কান্নবা হেন্ন থি। ফংবা ঙমলোইদবা উরগা নোইহৎতুনা মাঙহন্নীংই। মখোয়দি ফজববু মশক খঙদবগুম তৌই। লৈ অমতং নীংথিনা শাৎপা উরগা থদৎতুনা নৈথৎলগা পেনজৈ। মখোয় খঙদে, ভাব তাদবগুম তৌই—"ব্যুতি ইজ নোৎ তু তৎত! ব্যুতি ইজ তু সি!"

অচুম্বনি, ফজবা পোৎপু অম্মুম থম্বীরবদি মতম কুইনগী ওইনা মীওইবা জাতিসিগী লল ওইহৌগনি হায়বসি নীংশিংদবগুম তৌই।

লৈহৌরসন্নু ঙাশিং অসি ব্রার্ডস লেককী। মফমসিদা কায়· রকপা যাত্রিক কম্নাগী মীৎকী পেন্নফম, নীংশিংনফম ওইহৌখিসন্নু মতম কুইনগী ওইনা। লৈরমখো নখোয় মথঙ মথঙগী চহি

কম্বাদসু। য়েংলখিনি ঐখোয় মতুং মতুংগী চহিশিংদা! করোকসু চানাসু লোইরে, চৎসি ইন্দি ......

য়েংউ ইন্দি, লৈশিং অসি ওস্থোক্লা ফজনা শাংলি। লৈশিং অসিগী মরক্তা নহাক্কী মায়থোংবুসু য়াওহন্নীংই। চুম্না য়েংউ, ফমউ মফমসিদা, মোমোন নোকউ, নহাক্কী শক্তম অমতং মতম কুইনগী ওইনা নীংশিংনবা ফোটোগ্রাফ অমতং লৌগে ...... ।

"মসিনা করিবু কান্নগনি?"

"নীংশিংবনা মীওইববু মীওইবা ওইহল্লি। নঙবুসু নীংশিংগনি মসিনা তত্তনা পুন্সিদা!"

"অহুবু ওঝা!" নঙনা শাউনা হায়খি, ঐ কাউদ্রি—"য়ুমগী নুপীনা মহাক্কী মপুরোইবগা অভোপ্পা নুপীগা মরী লৈনৈ তারগা থম্মোয়দা অরা মৈশা লাংই হায়বসিনদি ওঝাদি খঙবীদবগুম্ব তৌই।"

"করি'ই খঙদনি ঐসু ইন্দিরা! অহুবু মনীং তমলবা থম্মোয়-বুদি কনানা থিংলুবা ঙমগনি? ঐগী থম্মোয়ন নহাকপুসু নীং-শিংলে হায়বসি নহাক খঙলমগনি। থম্মোয়দা কনাগুম্বা অমগী তাখিবা মমিসে কাউঙমদনা, লেম্না খক মাঙকরোই। মসিগীদমক সাধু অমনসু ওইথোক্লবা থবক কয়া পাঙথোকলকপা ঙমই। ঐ ঙসিসু কাউবা ঙমদ্রি ইন্দিরা! নহাকপুদি উহুনতা লৈরি, নীং-শিংহুনতা লৈরি। মীনোকভু তাহুনতা লৈ!"

ঐনা খনখি। অম্লুক মুংশিরবা মরী অসে করম্না তেল্লবা মতমসিদা নঙ ঐগী মরক্ত ওইরকলিবা! খল্লুবদা ঙকই। ঐ

ঐগীদমক্তা রাবীনবা মহাক ( ননশ্মা ) অমা, ইচাশিং মথণ্ড মথণ্ড লৈরে হায়বস্থু ঐনা লাবদগী খঙলে। অতুদি করিগী মরী অসিনা অস্থুম অস্থুম পুনশিল্লকলিবা ! করিগী অস্থুম অস্থুম নকশিল্লকলিবা ! খঙলে, ঐখোয় অনী মমাঙগী মপোক লাংওল অমদা শোয়দনা নক্লবা মরী লৈনরমগনি। মতুগী মহয়না ইফমদা নঙনা কাই-হৌরবনি, নফমদা ঐনস্থু লংজনবা হোৎনরুবনি। থেংনরুবা লিশিংগী মীৎয়েংদি চানরুবা লৈখিদে অনীরক হন্না। নোংমত্তং তানলবা নফমসিদা লাকলগা উনরুবা নঙগী মীৎয়েংবুদি অকাওবা লৈখিদে। নঙগী মীনোক অমত্তংবুদি থম্মোয়দা ঙংতুনা লৈহৌই। অস্থুম্না খোকখি নঙোন্দস্থু অসি নত্রা ? অত্তুনা নঙনা ইফমদা চঙলকখিবা নত্রা ঐনস্থু নকাদ য়েৎলুবা নত্রা ? মসি লাল্লি, তশেংনমক লাল্লবা খোঙফনমনি মপোক সিমগীদি। নহাক অঙ্কগী ছাত্রিনি। এম, এসসি, পাস তৌরকপদা মসিগী অচুম্বা সোলুসন ফংবা ঙমখিদবরা ? ঐগী ফিলোজোফিদস্থু থিবা হোৎনগে নঙস্থু থিখো। লাল্লবা মরীসি তশেংনমক চুমথোকনবা হোৎনরসি !

ইন্দিরা ! মুংশিবগী ঙমখৈ লৈত্তে, মতম লৈত্তে, চহি লৈত্তে। মাদি থম্মোয়গী চমলবা মরীনি। মুংশিবদা করি ইরাল লঙজ-রুনিংঙাই লৈরি। ফোঙদোক্তবা মুংশিবদি মুংশিবা কৌদত্রা ? মুংশিবা য়াই থম্মোয়না থম্মোয়বু ফোঙদোক্তনা, থুংনদনা, শোক্ত-দনা, যুগ খুদিং, মপোক খুদিং !

ঙসিদি ঐগী মুংঙাইরবা মুমীৎনি। নহাক লেপনমক নপু-রোইবগী সেবা ফংউ। থম্মোয়দগী মুংশিবগী লৈনা অমতং শেৎলগা

নফমদা খূদোল তমখিবনি। নহাক্কী লুহোংবগীদমক্তা মমল য়াম্বা অখন্নবা খূদোল তমখিদ্রে। ঙসিংন্না থংনবগী ঙরোইবা লৈয়োন অমতং ঐগী পুন্সিগী লোইরমনবাইদা নফমদগী পামজে। লোম্নি-য়ান্না লোন্না। নহাক্কী নুংশিরবা নপুরোইবগী মথুং য় নুংঙাই-হনবা থক পোকহনগন্নু। ঐন্দ ঐগী নুংশিরবা নহাক্কী থম্মোয়দা নুংঙাইহনবা অমত্তা পোকহনলুরদে। অদুম ওইনমক পামজবা থম্মোয়গী হৈরাং অসিদি পীনিংই নফমদা, লৈরাং অদুম্ভু কংলমই ইফমদা। মহুনা শক্করসি কুম কায়না পাল্লকপা হৈরাংগী হৈকংফম মতম নত্তনা শাংলকপা লৈরাংগী লৈকংফম।

নফমদগী ঐনা হৈরাং লোঙ্গানরুদে। চুন্নত্তা হৈখ মংনবা অমতংদি পীখি। লৈরাং লোক্তিনরুদে, চুম্নতা লৈ অমতং পি নমদ নুংশিদ্রা হায়না নঙনা ইপুংতা শিন্নরকখি। মতুংদি লৈদি ওসি ফাওরদা ঐগী তাবু লুবাকনুংদা চেংনা কনা খঙদনা।

শিলোং — নহাক্কী

তাং ১।৬।৮৬ ইং — নহাক্না নপোক্কী মরুপ।

# লুপী

ডিসেম্বর ৭ানি।

অলিগড় মুসলিম য়ুনিভার্সিটিগী মখাদা লৈবা গান্ধী আই হোসপিতালগী ভিক্তন রাউন্ড বেড নম্বর ১২ শুবনি। ওপরেসন তৌরুবর্গা লোইরকপনা নঙায়রি। পাকলিবা চহি অনী মখায়-রোমতগী অঙাংঙমা মনাক্কী শরুক অয়াম্বা অঙৌবা বেণ্ডেজনা চেংনা কিশিল্লহুনা অশিবগুম ত্রাহুনা লৈরি। ডাক্তর রাও অমদি সর্জন রনজিৎ অনাবগী ফিভম য়েংনবগীদমক চঙলকই। নর্স অমদি অঙাঙতগী মমাবোক্না সেবা তৌহুনা লৈরম্মী। অনাবহুগী অপীকপা নাত্তোনদগী থোরকপা ক্লোরোফোমনা থল্লবা অশাবা মনিল য়াওবা শোরনা মফম অহু থল্লি।

ডাক্তরনা অনাবগী ফিভম য়েংই। মিহুন থোইদোকনা অকায়বা লৈতে। ডাক্তরনা সর্জন রনজিৎনা শিন্নে—"মহাকসি য়াম্না পাকলি। মরমসিনা অফ ফত্ত করিস্সু খঙদ্রি। নঙনা খঙ-লিবহুনি, ঙসাই ওপরেসনদা কয়াদ য়াখি! ক্লোরোফোম খরতমক থারগা পাঙথোকপা য়াবা থবক অহু মানা দিসতর্ব তৌরক্কনি কিবনা দোক্ত হেন্না থাজিনখিবনি হোরেল মুংখিল জ্ঞান লাক্কপা

॥ শরৎচন্দ্রগী য়ারী মচা মচা ॥

য়াই। হেক জ্ঞান লাকপগা মাগী বেগুেঙসি ফোয়দৎকে তোৎন- রকনি। অদুম তৌরবদি লোইনা য়াঙলে। অদুনা য়ারবদি নহাক্না মখোয়দা হায়য়ু—হাপতা অমা মাগী বেগুেঙ ঙসি লেঙহনবা য়াদে। খর থুনা সেতল তৌনবা হিদাকশিং অসি চাং নাইনা থাহল্লু।"

—"ফনি সার" রনজিৎনা খুমই। ডাক্তর রাও চৎখি। রনজিৎনা ডাক্তরনা হায়রম্বা খিবিক অঙাঙগী মমাবোক্তা চেকশিন্না শিন্নে।

অঙাঙগী মমাবোক্না খুমলকই—"ইবুঙোগী লমন য়াম্না তোল্ল- বনি। করম' কান্দবু শিংগদবনো খঙদ্রে।"

—"অদুগীসু মতম লাকখিনি ইতৈমা। ঐনা মফমসিদা লৈরিঙৈদদি ইতৈমখোয়গী অরা-অনা থোক্কদবা করিনত্তা লৈরোইদা। ঐ চৎলুখিগে, হোরেল অমুক লাকচগে। খুদোংচাদবা লৈরবদি ঐবু হেক্তা কৌবীরকউ।" অসি হায়রমলগা নর্স শিংদা রনজিৎনা চেকশিন্না শিন্নরম্মী। অদুগা মহাকতি মথৌ য়াম্না চিল্লবা মীগুম থুনমক রার্ড অদুদগী থোঙথাং থুনা থোকখি।

ডাক্তর রনজিৎ এম, এস, কী অরোইবা পরিক্ষা পাঁগ্রবা ছাত্রনি। প্রোফেসর রাওগী খ্বাইদগী লুনা ভোজবা ছাত্রনি। হৌখিবা চহি খরসি ডাক্তর রাওগী য়েৎকী পাম্বোম ওইনা লৈরকলি। মৈতৈ মচাশিংগী মনুংদা গোল্ড মেদল ফংবা ছাত্রসি য়ুনিভারসিটি অসিগী মনুংদা মহাক্না অহানবনি। অদুনা মাবু হোসপিতাল অসিদা মখাতানা থবক তৌখো হায়নসু ডাক্তর

য়াওনা মাবু থিংলিরনি। মরু ওইনা আই রিপ্লান্ট তৌহুনা শিন্নবা মীৎপু তহী বা মীৎনা মহুৎ শিনজিনবদা ডাক্তর রনজিৎকী পোইদোকপা হৈ শিংবা লৈজে। মহাকা লোয়নননা প্রোফেসর রাওনা অ ইরিপ্লান্ট তৌরকপদা ওসি ফাওবদা সেন্ট পরসেন্ট সকসেস ওইরকলি। মতুগী ফলনা মতম কুইনা রিডর ওইনা লৈবকসবা তহল ওইরবা ডাক্তর রাও ওসিদি মাগী রিতাইয়ার তৌগদবা চহি খরতা ওায়রবা মতমসিদা প্রোফেসর হায়বা ফম অসি ফংখিবনি। হোসপিতাল অসিগী মমিং ভারত শিন থুংনা শান্দাকখিবনি। অহুনা মাবু প্রোফেসর রাওনা হোসপিতাল অসিদা মথা তানা থনখিনবা কন্না হোৎনখি।

লাইব্রেরিবা অঙাঙ অসিগীদমক্তা স্পেসিয়েল ফিসিলিটি প্রোফেসর রাওনা পীখি। মরমদি নোর্থ ইষ্টর্ন ইণ্ডিয়াদগী লাকপা অহানবা পেসেন্তনি, ডাক্তর রনজিৎকী মরমদমদগীনি। মাগা নক্কবা মরিনি। পুন্নমক অসিদা মরম ওইহুনা তাওনা ফংনরবা রিপ্লান্টকী থবক অসি অঙাঙ অসিগী মফমদা ফংহনখিবনি। অঙাঙসিগী কয়াদ মরাইবক ফখ্রবা! মাগী ওপরেসনগী ফল ওসিদগী তরেৎনি শুবা নুমিৎতা শোয়দনা ফংলগনি। ডাক্তর রনজিংনা মাগী কাদ ফমহুনা তুমিন্না রাখল খল্লি। চমখিবদগী অমুক হন্না চিংলুপ্রবা চুরূটকী মৈখুনা শিল্লিং তম্না চুম্না কাখৎলি। করিগুম্বা অঙাংসিগী মীৎনা উবা ফংজরবদি কয়াদ মুংঙাইগবা! মাগী অনৌবা মপোক অমা ফংজবগা অন্ধা ওইরবনি। অহুবু

করিগীনো পীকলিবা অঙাঙ অসিদা অসিগুম্বা তমথীরবা লায়না অসিনা নাল্লকলিবদি ? পোকলকপদগী অম্মুমা করিগীদমক্তা ওইরকলিবা! অঙাঙসিগী অমদি মমাগী করি মরাল লৈহ্বনা অম্মুমা ওইহল্লকলিবা! কুইনা মঙল মঙল খল্লুববা মতুংদা মখূৎতা কলম পায়খৎলহ্বনা রনজিৎনা চিঠি অমা ইবা হৌরকই—

অলিগড়

নির্মলা তাং ২। ১২। ৭৮ ইং

ইবুঙোগী ওপারেসন লোইরে। নহাক নাহ্বনা লৈরি ভাবদা য়াম্না মুংঙাইতে। অদুবু ইতৈমনা ইবুঙোমচাগীদমক্তা হোৎনবীরিবসিদি নহাকমক্তমু অম্মুমা হোৎনবা ঙমলোই। হাপ্তা অমগী মতুংদা রিজল্ট থঙলগনি। ঈশ্বরনা থৌজানবা রবদি মঙ্গল ওইগনি খল্লি। নহাক্কী অনাবা খর করবদি নহাকপুম্মু মফমসিদা লাকহল্লীংই। মচাগীদি মমানি। কনা লুনা তৌহ্বনম্মু মমা য়াওদ্রবদি মচাগী মপুক্কীং মুংশিবা হৌনশানি। য়ামদ্রবদা থা অমদি চঙখিবা য়ারি। হোয়, অদুবু ছুটি লৌবা য়াদ্রবদি করমদি তৌনি। ইতৈমা অমদি ইবুঙোমচাগীদমক্তদি ঐ লৈরি, থোইনা য়ানিংঙাই লৈতে।

অঙাঙসিগী খনবদা ঐ য়াম্না রায়। মহাক্না ফিভমসি ওইরকলিবগী মরম নফমদগী কুপনা খঙনীংই। ইতৈমগী মফমদগীদি করিসু খঙবা ঙমদ্র। মহাক্কী নশাদ অশোয়বা করিসু

য়াওদে। করিগীদমক্তা মীৎ অনীমক উদনা পোকলকলি! ঐ মাবু অহানবা উবদা থম্মোয়দা য়াম্না মুংশিবা পোকখি। কনা-নোদি খঙখিদে। কোম্না ইতৈমনা ৱারী লীয়কলগা নঙগী নচানি হায়বা খঙলকই। খঙলকলবা ভুংদা মাগী অমদি নঙগী অমুক খনখি। কুইনা খল্লুরবা ভুংদা অঙাঙসিবু মাঙহনখিবনা (মসি ঐগী মীৎওগী পি তানা, হকচাং পুম্বা তু চুংনা খনখিবনি।) ফরগত্রা খনখি। মরমদি মীৎ অনীমক উত্রবা মানা মাগী ভুংগী পুন্সিদা ওইহৌগদবা ফিভমত্তুগীদমক ঐ য়াম্না ৱাখি। নঙ ঐবু লাম্না খল্লবরা নির্মল। ঐদি ঙসিম্থু নহাকপু কাওবা লৈত্রি। নহাকপু কনা নত্তে হায়না খল্লি। নহাক অমুক্তং লাক্কুনা ঐগী থম্মোয়দা লৈরিবা হংনিংবা ৱাহং কয়াসিগী পাউখুম নফমদগী ফংলবদি পেনগনি খল্লি। অত্তুবু ঐ খঙই, নথাম্নুংগী নচা ফাওবা লমলানবা (নহাক্কী পোকমিম্নবী নচে ওইজরবম্থু) ইতৈমগী মফমদা শিম্নত্তুনা লাইয়েংবা চৎহনবা ঙমলবী নহাক্কী পুকচেলনি। ঐগী ৱাখলসি লাল্লত্রা? সমাজসিদা অঙাঙসিবু নহাক্না নথাম্নুংদা কোন্দুনা নচানি হায়নীংদে। পীকলিবা মাগী মরালদি করিনো? মরাল লংশিল্লুরবা মখোয়ত্তুগী মরাল নত্রা?

ঙসিদি পাপ পুম্বত্তুগী প্রায়চিৎ ফংলরবনি। লংজরুরবা মরালত্তুগী দণ্ড ফংলরবনি। ঐদি ঙসিম্থু অমম্বা মায়কৈ অমদা চৎলি। লম্বী খঙদে, লংজিল খঙদে। লমথুং লৈতে। নহাকত্তি পুম্নমক খঙলমগনি, হায়নবহ্ন শোয়দনা চুমলমগনি। অঙাঙগী

অশেংবা মপাদি মমা ওইবীতনা খঙবনি। খল্লম্বা অমুবা ফিজং পুম্বা হাইদোকলগা অচুম্বা অচু এগী ইফমদা তাকলবদি এগী লম্বী লম্মাংনররোই লৈকুং-লৈরাই করা লৈরবসু খুদি থীররোই। অমম্বা লম্বী অসি ঙানথোকহনবা ঙম্বদি নহাকতা মঙাহরবনি। নফমদগী অশেংবা রাফম অমতং তানিংই।

নহাক্তী
রনজিৎ।

থুনমক চিঠিহ থাগ্রে।

ওসিদি তরেৎনি শুবা নুমীৎনি। ডাক্তর রনজিৎ অমদি প্রো-ফেসর রাওন লাই খুরুমহুনা অঙাঙগী বেণ্ডেজ ককথৎপা হোৎনরি। মতম কুইনগী ওইমা মমলুরবা অঙাঙহুগী মীৎ নাম্মদা মঙাল ফাওরকপগুম তথক-তথকপগী মতো উরকই। মায়থোং মকা লামলবা প্রোফেসর রাওনা "সকসেস! সকসেস!" হায়না লাউরকই। রনজিৎনা তপনা হংলকই — "করি উবা ফংই বোই? তপনা···মাম্মা তপনা য়েংউ! গুড! গুড! মাই গুড বোয়!" মরোল নিংথিনা থোক্রিবা অঙাঙহুগী মায়থোংদা হরাও নুংঙাইবগী মমি তাবগা লোয়ননা জগৎসিবু উজবগী অনৌবা মঙাল ফংবহু উরগা রনজিৎনা অঙাঙহুদু চেৎনা কোনশিন্দুনা চুম্মীখি। অনৌবা আশাগা লোয়ননা থা থরগী মতুংদা অতোপ্পা মীৎকী রিপ্লান্টসু পাঙথোক্কে থনখি।

লোংমা মুংখিল অমা ইথঙ থঙহৌদনা রনজিৎকী মখুৎতা চিঠি অমা থুংলরে। নাম্নি, লাকনি হায়বগী আশা থমলুরবা নির্মলাগী

মফমদগী লাকপা পাউখুম চিঠিনি। থুনমক রনজিৎ মাগী কাদ চঙশিনখ্রে। চিঠিহ্ হাংদোকতুনা পাবা হৌরকখি। মরোলদি অস্থুম্না ইরকখি –

ইম্ফাল, তাং ১০।১২।৭৮

Dear Rarjit

লাইবক থীবদগী থীরবা ঐবু অমুক হন্না থম্মোয়দা মৈহুম চূরকপগী নহাক্কী ওইজবা করিনো? ঐ কনাদসু করিমতা হায়বা পামদ্রে হায়হুনা তুমিন্না লৈজরবনি। হৌখিবা পুম্বগী ইরাল ইকোকনা থোংনা পুবা ওম্বা মতমদু ফাওবা পূজগনি। ওমলক্তবা মতমদা ঐসু তিনখিসনু পোৎলুম পুম্বহুগা লোয়নননা পাপকী অমমবা কুণ্ডদা মতম চুপ্পগী ওইনা। ঐ তুমিন্না লৈবা পামজখি।

অদুবু ডসিদি চহি অসুক কুইরবসিগী মতুংদা চিঠিসি ফংলে। ঐ নোক্কদ্রা? কপকদ্রা? মুংঙাইগদ্রা? য়াগদ্রা?

রনজিৎ, পুম্নমকনা হায়রকপা য়া নাপঙবীগুম তাদবা ওমই। লোনথোকতবীগুম খুমদবা ওমই। অদুবু নহাক্কী করম্বা যাহুনো? নহাক্কী চিঠিসি নহাল তাং ৮গী অয়ুক্তা ফংখি। পাউখুম পীররোই খনখি। পাররোই শেগায়খ্রগেসু খনখি। কয়ারক পাখ্রবনো ঐ খঙদ্রে! পাউখুমসিসু ইগে খন্দনা ইথোকইবনি।

নহাক মুংঙাইরিদনা। য়াইফবা ওইয়ু। নহাক্কী য়াইফব-তনা ঐগী পেঙবনি। ইবুঙোগী ওপরেসন লোইরে তাবদা হুকচাংসি থর কনবগুম তৌরে। অদুবু রনজিৎ, নঙগী মীগী থম্মোয়বু শীকপা য়াঙাঙহু ইফমদদি তৌরকনু! মচাবু মমানা

ঙুংশিদে হায়ব্রা? ঐনা ঙসি হিংলিবসি মাগীদমক্তনি। মাগী খনবনা হিংবনি নত্রবদি ঐগী কনা অমুক লৈতুনা হিংলুগনি? ঐ নাবা হেক ফবগা লাক্কে খল্লি। ছুটিসু থা অমগী লোরে।

চুম্মী রনজিৎ। কনাগুম্বনা করিগুম্বা অমা তৌরুবগী ফল শোয়দনা ফংফম থোকই। অফবা থবক্কী ফল ফনা ফংই, ফত্তবগীনা ফত্তনা। হৌখিবা পূম্বা অতুগী ফল ঙসি ইশানা ফংজবনি। ইতোমতা নত্তনা নঙগীসু অরাবা শরুক থুংলিবনি। ঐনা শিল্লুবা নত্তে। ঈশ্বরনা পুন্নমক শীনবীরকপনি।

ঙসিদি ঐগী থম্মোয়দা নোংহৌনা নুংঙাইবগী ঈথক অমা হৌরকই। মতম কুইনা লেপকং কংলুরবা থম্মোয়গী পামেন্দা অনৌবা য়েন্নিং চোংলকপগুম তৌই। করিগীনো খঙদে। মরম অমতংদি লৈ। মরমতুদি নঙগী চিঠি।

অসুক কুইবসি থম্মোয়নুংগী মৈচাক অমা থম্মোয়নুংদা ফুমতুনা থমলকলি। য়াম্না রানা খাঙখি, খাঙলকলি। অতুবু ঙসিদি নসিগী অরাবসি থরদং করদ্রা খল্লি। নফমদা লীথোক্লুনা অরাবসিগী ঈথায় অমতংদি পীরগে।

নীংশিংলিব্রা? নোংমা নহাক ঙসিদগী চহি অহুম মথায়ঃবোমগী মমাঙদা য়ুমদা থোরকখি। বসন্তগী মরৌ লৈরবা নুংনিদাংবাইরম অমদা ফমখিবা নত্রা ঐগোয় অনীতা লৈকোলতুদা! নুমীৎতুদা নঙনা ইকমদা করি রারীবু লীখি? ঐনা নফমদা করি হায়খি.....? নতমদো .... নাম্ভিবদো ... লৈনমদো .......

লৈরাংদো •• খোইমুদো ! নঙগী ভঙাংলবা চীনবানদো ••• —
অহুদগী ইশ ! •••••• খল্লুবদা তু চুংলি ঙসিফাওবা !!

নঙদি চৎখি মথঙগী মুমীৎতা ! রানা খাঙহৌই ঐনা মৈচাক পুহুনা ! লাইবক থাবা ঐনা নফমদা কয়ারকনি ইখিবা চিঠি ! নঙগী চিঠিম্তু ফ দে, ঐগী পাউথুমস্তু পীরকতে ! নোংমা নোংমগী লুমশিল্লকপা পোৎলুননা ঐ শিরসিরা খনখি। ইনেনা মাইবা মাইবী কয়া কৌহুনা লোন্না অমদি ফোংনা ঐবু লাইয়েংহনখি। উপাই লৈখিদে। মীনাঙদা চোপনরকলগনি খন্দুনা ইনেগী খুজিন থোরাংদগী ঐবু নমহুনা য়ুম পালহনখি। ইপুরোইবা অহলনি। মহাক করিস্তু রারেবা ভোদনা সমাজদা ঐগী মার ঙাকপীখি। মসিদা ঐগী ইরাল করিনো ? থা খরগী তুংদা নহাকী চিঠি অমা থুংলখি হায়না ইনেনা তম্মী। মহুদা করি ইরকপগে ঐ পাখিদে। মহুগী মতম হেনখ্রে। মতমহুদদি ইপুরোইবগী সেবাদ পূরক্লীং লুপ্পনা ইথেনি ভাকপাখি ইনেনা।

ঐমুক লাইবক থীবীবু জগৎসিদা অনী শুরমখিগদ্রা ? ভঙাওহুনা তাইবং ফাওদ্রিবিঙৈ ইপুরোইবগী মপুন্সি চেংজেল লোইখ্রে। অহাবতা ইশন্নক ওইজহোরো মতাংদ মহাকস্তু শোইনাইরবা অমা ওইনা তাইবংদা ফাওরকখি। ঐ ঙসিদি লুখ্রাবানি। মীৎকী পি কংদ্রবী, মাম্নগী মায়হিংনা কাহৎলবী লাইবক থীরবা অমনি। কনাগী মকাদ করিস্তু য়েৎচনীংদে। হিংননবগীদমক ইপুরোইবনা তৌরম্বা থবক্কী নফম অমতং সর-

কারনা পীবীরি। মহুদগী লাকপা খরদংনা ইমা ইচাগী পুন্সি ফাওবদি লেন্নজরি।

...... ঐবু মখা অমুক তাইল্লগন্নু .... করি অমুক তাবা পামলি ইকমদগী ......

নহাক্কী লাইবক থীহৌরবী
নির্মলা।

চিঠিগী অয়াম্বা ময়েক পিনা ইচাই চাইথোকই। রনজিংনা পাবা লোইরগা শুপপায় পায়শিল্লি। মাগী রাখল তরং মালংদা কোম্বনা পাইবগুম উরি।

অলিগড়
তাং ৮।৩।৮৫ ইং

## ০০০ ঐবুস্থ হিংহল্লু ০০০

পুল্সিগী ইহান হান্না উবনি ইণ্ডিয়া গেট, বোম্বেদা। কয়াদ ফজবা, কয়াদ নানবা। মখল মখেলগী মীনি অঙোবা জাতি, অমুবা জাতি ও ঙৌলৈনবা জাতি। পাক-চাউরবা সমুদ্রগা মালেমগা শন্নফমনি অনিগী। লম্বীগী নাক্তা চেকপল ( নৃঙগী পল্লি ) য়াংনা খাগৎলি ফুট মরিরোম। সমুদ্রগী জ্বারনা অমু মুক ফুবদা ঐখোয় পূগ্বা চেম্থোক চেম্থোকতুনা খাওই। অপীকপা হিশিংনা কঙাও-ননা তাড্রথোকখি। ইনক-নক্না উরিবা ইলিফেন্টা কেপতা চৎ-নিংলুই হি তোংহুনা। অদুবু অঙম-অরাই থঙদ্রবা জ্বারহুবু কিখিবনা চৎতি চৎলুদ্রে। য়েংদি য়েংখি ইণ্ডিয়া গেটকী সিড়িং শিংহুদা কুমথহুনা অরোই অখম নাইদ্রবা সমুদ্রগী কুম্মৈ।

ইনাক্কী সিড়িদা ফমহুনা লৈরম্বা ফিশেৎতবা মানবা ইংলিস-মেন অমগা মেম সাহেব অমগা কন্না কোনশিন্নহুনা চুপনরম্মী। ঐ খর থৈদোক্লগা মবান্নিগী মতৌ য়েংখি। মসি বোম্বেগী কুম্মৈ ওইবা ভাই খনখি। জুন থানিনা নোংস্থ অরৎপা লৈতনা মরিক-মরিক চুথরি। ঐগী লৈফম তান্না চঙশিল্লকখি। ঘড়ী য়েংলুবদা পুং তরেৎ তারমলে। মুমীৎ তাবদমক ঙায়রমলি।

প্রোসস্ গেষ্ট হাউসকী মেনেজরনা নোক্লহুনা হায়—“প্রোফেসর সাব, বোম্বে য়েংবদা নোং চোৎপা কিদ্রে!”

॥ শরৎচন্দ্রগী য়ারী মচা মচা ॥

"অচুম্বনি মেনেজর সাব! নঙগী বোম্বে য়াম্না ফজ্জে। ঐঙোন্দদি পুমনৌ নৌনা থোকই।"

"ঙসি নুমিদাংগী প্রোগ্রাম তাকপীরমউ। মাঙজোননা শীল-লাঙজহৌনবা।"

"গাইড অমতং. বস! ও, কে!"

"য়াম্না ফনি।"

মকোই নাল্লতুনা নোকহৌই মেনেজরদু। ঐ কাদ থুনমক চঙতুনা অচোৎপা ফি-রোল হোংদোকই। রেডিও ঙহাক তায়। কোল্লিং বেল পীখি।

"সাব, ঐ লাকচরে!" বহাদুরনা থোঙদা লেপলগা হায়-রকখি।

"অশাবা কোফি অমতং!"

মীৎনা কুপ্পগী মনুংদা বহাদুরনা কোফি পুতুনা চঙলকখি। কোফিদু ভেবলদা থমলবা তুংদা—"চৎচবা য়ারদ্র সাব?"

"ঙাইখো, সে ঐগী ফিশিংসি দোর্বদা পীরমউ। হয়েং অয়ুক পুং ৬ নংননবা থিল্লকউ হায়রমউ।"

"ফগানি সাব।" থুনমক মানা অচোৎপা ফিরোলশিং পুতুনা চৎখি।

কোফি কপতুমা জ্ঞান তানা থকলবা মতুংদা চুরুট মচৈ অমা চিংতুনা মেনেজরগী কাদ চঙলুই। মেনেজরনা চৌকি অমা লাম্থোরকখি।

"মেনেজর সাব!" ঐনা য়ারা হৌখি—"ঐজি নখোয়গী

বোপেসি মুংঙাইনা অমুক্তং কোয়গে খন্দুনা লাকপনি। অন্থুবু নোংসিনা ....... !"

"প্রোফেসর সাব!" মানা খুমলকখি "কমদৌরুনি? জুন জুলাই হায়বসিদি নোংজু পাম্থানিদনা। অন্থুবু মসিনা সাবকী করি নীংবা কায়নীংঙাই লৈবগে? ভৌবদি ঙসি মঙানি ফারে মুনাৎ মশক উরকত্রিবা। য়াম্না কন্না চুবদি নত্তেদা, রেনকোট অমা, টুপী অমা, বুট অমা বস! কোয়নীংবা মফম কোয়বা য়াগনি।"

"ঙসিসি য়াম্নস্থু ঈংই। হকচাং শাগৎনবা খরদং ম্নোৎ-সিদনা।"

"উম!" মানা ঘড়ি য়েংলগা খুমলকখি—"হৌজিক পুং ৮-৩০ তারে, অদোম লোইশিনবীরুরো। কোয়বা ওইনা চৎথোকলুসি।"

মেনেজরতুদস্ম য়াম্না পামজনা থোকলুরমাল্লে। ইবাম্নি থুনমক ফি রোল শেৎচিন্দুনা ভেক্সি অমা ফারগা কোয়থোকলুই। য়াম্না লাপতে। খরদং চৎলগা গলি অমদা চঙমিন্নে। মশা য়াম্না নোযবী মুপী অমনা য়ু য়োল্লম্মী। ঐ:থায় অনীস্থু ফমথরে। ওরদর তৌখি।

ঐখোয়গী ভেগুরগুম্বনি, ঐখোয়গী কম্ত্রিগুম্বনি! "সাব" মানা হৌদোকলকই—"ফোরেন লিকর নত্তে, লোকেলনি। করি-গুম্বা পাম্বীরগম্থু চৎলুখিসি। ঐগীদি মসিনা চোইসনি, অদোমবুম্থু মহাও খর তংহননিংহুনা তৌজবনি।"

"ও, য়েস" ঐনা খুমখি। "মত্তুনি মত্তুনি ঐনা পামজবস্থ !" মখা তাথৈ—"অতৈত্তুদি মফম খুদিং ফংইনা। ঐনা পামজবদি অনৌবা টেষ্ট! তুটেল্লি নিউ!" ইবাম্নি হৌনা নোকমিন্নৈ।

মশা মউ ফবী মুপীত্তুনা থুনীংমুক শাংবা গ্লাস অনি অক্লবা ঈশিংগুম পীক পীক থন্না পুথোরকই। অহানবা উরুবদা ঐদি অকিবত্তুম পোকলুরে। অত্তুবু মেনেজরনা থম্বগা পায়খৎলগা হায়রকই—"চিয়রস! চিয়রস!"

ঐস্থ পায়খৎলি। ঐ ঙহাক ঙকচান্নরিঙৈদা মেনেজরদি চাউথ্রবা গ্লাসতুমা মাগী মকোই মরাংনা য়োমলবা চীনবান্দুদা শোর থিংবমথৈ হৈজিনখি। গৎ গৎ থকখি। মাগী নোম্নরবা পুকতা অরোইবা ড্রোপ ফাওবা খুৎচিং অমুক্তদা থাজিনখি।

ঐস্থ থকখি। অত্তুবু ঐদি মঙারকলা তরুকলকলা পোখা-খি। হেক লোইবগা অচৌবা গ্লাস অমদগী অমুক ফিভতি ফিভতি য়েল্লকখি। মাস্থ থকখি। ঐস্থ থকখি।

"লৌখিসিরা সাব?" মানা হংলকখি।

"ঐগীদি য়াজরে, অদোমগীদি ষ্লাৎলমখিগনি থল্লি।"

"নো·নো! মসি ঐগীদি মুংত্তিগী চাংনি।" মানা খুমলকখি।

চুরুট পুথোক্তুনা থকমিন্নৈ। ঐনা শেল পুথোকই। মামা পীরগে হায়ত্তুনা পীখি।

ঙহাক্তংগী মতুংদা ঐখোয় অনি মাগী হোটেলদা থুংলখি। মতমত্তুদা নুমিদাংগী পুং ১০ তারমলে। ঐখোয় অনীনা চঙখিবদা

মাবু ঙাইবা নিপা অমস্থ লৈরম্মী। চাউ শাংই, পঞ্জাবী মাল্লি, মশা মউ য়াম্না ফৈ।

"ও মিষ্টর সিং!" মেনেজরগা মাগা খুৎ শোকনৈ। মখূত্তা করিনো অমস্থ য়াম্না কন্না নোইবা হোৎনরি।

মেনেজরনা শক ভাকই—"He is Mr. Jaiswal Singh from Calcutta, a great businessman"

ঐঙোন্দা অমুক -"And he is Prof. Santosh Singh from Manipur."

জসরালগা ঐগা খুৎ শোকনৈ। ঐখোয় অহুম ফমথনরে।

জসরালসিং য়াম্না দ্রে। দ্রো লাউবা মবুক ফবা মীনি। ঐনা ইংরাজী হৈনৈ হায়বদগী ঐখোয় অহুমগী রারীত্থু ইংরাজীদা শানখি। মানা মণিপুরবু ভাশংনমক Land of the J wels নি হায়খি। চহি অমা ফানিংচিৎ করবার তৌরম্মী হায়। মোরেগী অমদি বর্ম্মাগী মরম শুগ.ইনা থঙই। মসিদগী ঐনা খঙলম্মী মহুদি মহাক অচৌবা স্মগলর অমস্থনি হায়বা। মাগী রাভাঙহূ স্পোকন ইংলিসনি, য়াম্না ফ্লুয়েন্ট ওই। তাবদা নুংঙাই। ঙাঙন-ঙাঙন মাগী করিগুম্বা অকাওবা অমা লৈরে হায়হুনা মাগী কাদ চঙখি। মখূৎতা নোইরিবহুদি থক লেপ্পা লৈতে।

মেনেজরগী মফমদগী ঐনা খঙখি—জসরালসিং ক্রোরপতি-নি। মেনেজরগী চাম্নরবা মরুপনি। মানা বোম্বেদা থুংলবগা মাগী হোটেলদা লৈরৈ। মাগী কা অমা রিজার্ভ তৌরি। বোম্বেগী জুহুবিচতা হুন্দক্রা লাক্ষ কয়ামরুম চঙনা মাগী বাঙ্গলো শাগৎলি। লোইগদবা য়াম্না রাৎত্রে।

জসরালসিং থোরকই। চারমিনার উপু অমা পারক্তুনা। মতু টেবলদা থমলগা মানা হায়—"মসি নি এনা কাউরললিবতু।"

এ ঙকখি। ক্রোরপতি অমনবু চারমিনর থকপনে? মানা মচৈ অমা শংলগা মৈখেৎ মরু অমনা চুরুটকী মচাকশি তু তপ্না-তপ্না শিন্দোকই। থিন্দোক শিন্দোকলা মানা হায়—"প্রোফেসর! মসি করিনো খঙবীবরা?" এঙোন্দা মানা ঙসাইমখৈ নোইরম্বা পোংতু মনম নমহল্লি।

"খঙদে, করি কৌবগে মসিবু? ভাঁ (গঞ্জা) হায়বত্তুবা?"

"ও নো! কাইট দিফরেন্ট!"

মানা চারমিনারগী মচাকুপা অমক হন্না মন্না মংবাল্লা তোংশিন্নৈ, হায়রকই-"হোয় মসি শেন্নদা ভাঁগী শরুক খরস্ত য়াওরম্বা য়াই। অতুবু মসি মণিপুরদগী, ইষ্টর্ন ইণ্ডিয়াদগী লাকপা পোংনা শেন্ননি। বোম্বেদা ফংবা পোংনি। তুলা অমদা লুপা ২৫০ পী। চুরুট উপুসিনা শেন্না কোন্নৈ। চারমিনরদা শেন্ননা খাইদগী পরফেক্ট মেটচ ওই।" ডাউন ডাউন শেন্না লোইশিনখি।

"মচৈসিনদা লুপা ২৫ (মতমক্তুদা) চঙই।" মানা মখা তাখি। মেনেজরদা দম লৌবা ওইনা নৈ চাকপীরকউ হায়রগা নওংদা—"অদোম হান্না হৌবীরকউ।" মেনেজরনা লৌই। জসরাল বাবুনা মৈখেৎ খেংলি। তপ্না ইঙনা চিংই। মিনিট অনরে ন নৈনু থাদোরকতে। এঙোন্দা লানশিল্লকই। এস্মু টেই তে নিংখি কুননঙা চঙবা মচৈত্থু। মেনেজরনা চিংবগুন ঙান ভানা চিংখি।

মিংটি অমরোম শোর পোথাখি, জসরাল বাবুদা লানশিনখি। মাসু চিংখি হন্নরা।

মথং-মথং অহনশুবা রাউণ্ডদা লোইখি কুনমঙাগী মপুনসি। য়ান্না নুংঙাইখি। জসরাল বাবুনা ঘড়ী য়েংখি। পুং ১০.৩০ তারমলে। মাগী চাবা মতম মোরে হায়দুনা হোৌগৎখি।

"জসরাল বাবু" হৈনা কৌখি। মখা তাখি—"মহাও পীনবীরমলবা পোৎসিগী মমিংসু তাকপীরমউ।"

"ও য়েস, আই এম সোরী। ইট ইজ চরস। ও, কে, গুড নাইট! গুড নাইট!" মহাক চঙখি। ঐ নোক্নুনা লৈহৌই। ঙহাক লৈবগা হৈনা মেনেজরদা হায়খি "মেনেজর সাব, ঙসিসি কয়াম নুংঙাইরবা। কয়াদ পেন্নবা! বোম্বে সহরগী নুংঙাইবা পুম্নমক শাক্তা থাক্তুনা হৈগী ওইনিংই।"

"রাইট লোং প্রোফেসর সাব! ইট'জ অপতু য়ু, আই'ম রিদি।"

থুনক নুমিদাংগী চারা লৌরবা তুংদা বাথরুমদা নীংথিনা ইরু মাইপজরগা ফিরোল ফজনা হোংদোক্তুনা অমুক থোরকখি। নুমিদাংগী পুং ১১.৩০ তারমলে। মেনেজরগী মনাক্তা চঙই। ফজনা নুংঙাইরে। হায়ফম খঙদনা নুংঙাইরে। মেনেজরনা ঐবু গাইড অমদা শিন্নৈ। যান্না চেকশিন্না শিন্নৈ। মেনেজরনা ঐঙোন্দা হায়—"He is Mr. Sanyal, Every information you may get from him Good night!"

"Good night!"

থোরকখি সনয়ালগা ইবানি। থোঙ্গালদা তেক্সি অমা হায়না ঙাইহ্নুনা লৈরম্মী। হায়নবা তৌদনা থোঙ হাংদোরকখি। ইবান্নি কাখৎলে। কদায়দা চৎলিবনো হায়বা ঐ করিমতা খঙ-খিদে। ঐনা খঙবা হায়ববু সনয়াল ঐ অমদি ড্রাইভর বোম্বেগী মচু মচুনা থল্লবা মৈঙালগী মরক্তা কোয়না পাইরি অসিতনি।

গাড়ীশিং য়াঙনা য়াঙনা থৌনৈ। মুমিদাং ওইহুনস্সু গাড়ীগী মৈ থান্নদে, পার্কিং লাইটতগী হেন্না! অরৎপা লৈতে মরি মরি। অরাৎপা লৈতে মীগী পরেং-পরেং। ঘড়ী য়েংই, মুংমিদাংগী পুং ১২ তারমলে।

ইরাঙ লাঙবা ষ্ট্রিৎ অমদা গাড়ী লৈশিন্দুনা থামই। সন-য়ালনা ড্রাইভরদা পুং ২ তাবদা লাকউ হায়খি। ঐখোয় কুমথহৌরে। তেক্সি চৎখি।

"ভারাদি পীখিদবা সনয়াল?"

"য়ানি, হোরেল অমুক হল্লকখিগনি।"

ঐখোয় অনি রেষ্টুরা অমদা চঙশিনমিন্নরকখি। মুংথিল পোবোপমক্কীস্সু হেন্না লাঙলমখি। হেন্না তিল্লমখি মীয়াম। লোইনা ফজে, লোইনা নাল্লি। হায়বা য়াই—ভারতকীদি বোম্বে! অনৌবা যুগকী অনৌবা ফেসন। মীশিংসিবু রাদত্রা? তূমদবরা? বোম্বেগুম্বা সহরদা মত্নগী পাউথুম থিনবা হেৎনবা চুমদে, য়েংদমক য়েংশিল্লু।

রেষ্টুরা চঙলমদাইদা সনয়ালনা ঐঙোন্দগী লুপা চাম্মা লৌখি। ঐস্সু পীখি, মরম হংখিদে। অসিগুম্বা হোটেল অমদা লুপা চাম্মগী মগুণ লৈতে।

অশুম চঙলকলগা উাকখি—শকহেল্লবী মল্লাম অমা ! শুক্কং-লবী মপৈ মপৈ …। ভারকখি ইনাকোংসিদা জগং পূম্ববু কাউঙনলবা স্নর অমা। ঈশৈগী যন্ত্রগী …। খোঙথাং খুদিং ঈপোম লোয়নরকখি। থম্মোয়দা চোংলকখি অনৌবা। মযোল ! ময়োল খুদিং শাংলকখি লৈরাং ! লৈরাংশিংত্নগী লৈনমনা শিনখি মায়কৈ খুদিং, থম্মোয়গী ক্যাচিন খুদিং নুংপান ওন্না।

লেঙশিনবীয় সাব ! অদোম্না অপাম্বতা চথবীয়। ঐবু পাম্বীরকপা মতমদা মেনেজরদা পনবীরকউ—"মিষ্টর সনয়াল, গুড নাইট !"

হুন্দোকলমলে ঐবু মঙলানগী সংসারসিদা ইদোম। মানা কদোমদা চৎখ্রবা মিষ্টর সনয়াল ! মাই গাইড ! ঐ কোম্বনা য়েংখি। খঙহৌদনা হোটেল বোই অমনা হায়রকখি—"সাব ! করি পুজরকউগে ?"

"নথিং বং এ গ্লাস গুফ রাটব।" খৌনাও অসি খ্রক খ্রক কংখিবগুম তৌই। চৌকিদা ফমথৈ।

তান্ন, মায়কৈ খুদিং পুমনিন নিন্না জিং-জোং, জিং জোং… অহৌবা ষ্টৈরো ফোনিক সাউণ্ডশিংদগী ! মতমগী ফি মচেৎ শেৎপী কেবরেৎ ডান্সর কন্না ……! বিজলিগী মৈঙালনা য়ৈ-শিনবদা ফজরবী হেল্লোয়শিংত্নগী মশা পূম্বদগী থক্তোরকপা অরংবা মণি-মুক্তাগুম্নবা মশেক্কনা ঐবু কোক জাওহনখি হন্না হন্না। হঙ্গংনা য়েংখৎলুবদা ইনাক্তা নাইতোম তারবী শকহেল্লবী হেল্লোয় অমসু ফমলম্মী। ঐগী ঈশিং গ্লাসতু মাগী নৌরবী খুৎশাশিংত্নুনা ফারগা

অরংবা গ্লাস অমা লানশিনলকখি। মাগী ওফর ঐ একসেপ তৌদবা ডমখিদ্রে। করিনো খওদনা ঐ লৌখিরম্মী। "থেঙ্ক ইউ! থেঙ্ক ইউ!" ইতোমতা হায়দোকখিরম্মী।

মতুনা ঐবু অয়ৌবী থানা কোক অসি ডাওহল্লম্মী। ইশাব্ ইশানা কন্ট্রোল তৌবা ডমলমদে। শকহেল্লবি তুনা ঐবু য়েংলগা নোকলম্মী মোমোন! কয়াদ ফজরবী মায়থোংনো? কয়াদ নৌরবী শক্তমনো। মানা মাগী পাকলবা সনগ্লাস আনোক অদু লৌথোকলতুনা ঐডোন্দা মাগী জগৎপু য়েংলগে মতাংগুম্নবী মীৎয়া অনিনা মূংনা য়েংলকখি। ঐ খাওডমখিদে। মাগী আনোকতু অমুক উপশিনবীখি ঐনা তপ্পা।

ও! মাগী তনৌরবী মায়থোংদা ঐগী খংনা খজিক থেংনরুবনরা, হকচাং অসিদা অনৌবা ইনোং কারকখি। হায়নফদনা মাগী তনৌরবী খুবাম ঐগী খুবামন্থুংদা পায়শিনবীখি। ফোংফোং শানা। হকচাংগী মৈশা হেনগৎলকখি। থম্মোয়গী মিহুন তাংথক নাইরকখি দং...দং ... ।

কবম্বা জালনা শুনখ্রবা! জগৎ অদু না ঐতগী ওইখি। বোম্বেনি! মসি বোম্বে সহরনি!!

ঐ ডমনি! শেলগী চিংনবা লৈতনা অহীং অসিমদি বোম্বেগী অহীং ওইহনবা ডমনি। ঐ লেপলে। পুন্সিগী তাংডলবা রস অমদি মফমসিদগী হোওনা ফংলগনি। তেল্লবা মীংকুপ অসিদা ফংলগনি।

ঐখোয় অনিমক থকমিন্নবনি নিশাহ্নু মথং-মথং…মথং-মথং। ঐখোয় অনিমক ( ইভোমতম্মু ওইরম্বা কনানা খঙবা ) চোংমিন্নখি-বনি থম্মোয়গী মিহুনহু দং-দং —।

ঐনা অরোইবা ওইনা মাগী মে ল্লবা মখুৎতু চেৎনা পাম্নরগা হংখি—( লোম্না ) "নঙ ঐগীদমক কা অমতং পীব ঙমগদ্রা অহীং-সিমা …?"

– "ঙমগনি।"

– "সে অহুদি!" কয়ানো খঙদবা শেল খর পীখি ঐনা।

শেল হেক ফংবগা মা চৎখি। ঙহাক লৈরগা লাকই অমুক। অমুক মাগী তুং ইল্লকউ হায়খি।

ফজরবা কা অমদা চঙমিন্নরকখি ইবান্নি। মানা খোঙ হাংদোকলগা ভাইহুনা লৈ। ঐ কানশিনখি। কা মন্নুংদা হেক চঙবগা ঐনা মাবু কোনশিন্দুনা চুপকে থোরাংখি। মানা ইম্মো-রকখি। ঐ তুগে তৌখিবনি মানা ফারমদ্রবদি।

—"কনাবু করম্বু পাম্বগে?" মানা হংলকখি।

—"নঙবু! নঙবুতনি ঐনা পামজবা!" মা ঐবু থাদোক-তুনা চৎখিগে ভৈরম্মী। ঐনা মাগী সারি পায়হুনা চিংশিনখি। ইখুৎতা ফংবা মণিনা পাবলবা ঈরোম্নুংদা উন-উনমক নাম্থখিবমুক রানা তান্নখি। মীৎকুপসিমা নাম্মোকহনখিবা য়াদে, মীৎকুপসিমা!

ঐনা মাবু ফৈবম্নমা থাঙ্গৎকে থোরাংখি। ঐখোয় অনীমক নাকলগী ফমুংদা পুল্লপ হাইথমিন্নরকখি……"দম!"

ও! নীংথিরবীদুগী চীংমায় নাপোমগুল্লবী মথা অনি মীং থায়রকখি। ও! করি মতৌনা? ঐ কোক অসি উরু উরু লৈনা ঙাওখি! মঙলা ...... মঙলনে মসিবো?

নত্তে, ঐ মঙ মঙদে! মসি বোম্বেনি! ভশেংনমক বোম্বেনি ...... বোম্বেগী অহীং ভমনি।

ঐনা মাগী হকচাং কয়াৎ খুদিং শকখঙনবা লাকনখি। মতম কয়া লাক্ল-ফান শান্নখি!

ওহোকপনি! মা নুপী নত্তে! নিপানি ... মহাক নিপানি .... ! লাকঙম ফাঙমদনা ঙাওরম্বা হকচাংগী ঈচেল করম্না মাঙখিবা! হৌভিক্তা অঙাওবা ঈথক ঈপোমগা লোয়ননা থিঙঙম-দনা কারকলম্বা জ্বার পূমইং ইংথখরে।

খঙহৌদনা ফাঙমদনা শাউরবা ইখুৎ অসিনা করম্না থাখি-বনো ...... মাগা নৌরবা (নৌরবা?) মায়থোং অদু পূমঙাঙ ঙাঙখি!

মহাক কপখি! ভশেংনমক নুপীগুম্না হীক-হীক কপখি। মাগী ঙাঙলবা খজাইদু নানখি। মখোঞ্জেলসু নুপাদ নুপীনি। কয়াদ ঙমখ্রবা! কয়াদ হৈখ্রবা বোম্বে সহরগী ভাৎ ......!

"নঙ কনানো হায়রয়ু?" ঐনা শাউনা, য়াম্না শাউনা মাগী মশম অদু চিংখৎলদুনা হংখি। মশমদুমক্তি অশেংবা মাগী খাক-চরা মশম ওইরমাল্লে, নাম্বোরকখিদে। মানা ঐগী চিংলিবা খুৎতু ফারদুনা হায়রকখি—"ঐ ঐ · ঐ নুপীমু নত্তে ··· · অদুগা নিপামু !"

—"অত্থুদি ...... ?"

– "মান্নি ··· মান্নি ঐ নখোয়না তুক্কচনরবা মুপী মুপা খণ্ডদবা মীহুনি। ঐ হিজরানি!"

ৱাহৈসিগী লোয়ননা মা হীক্ল হীক্লা কপখি। মুপীগুম্মা কপখি। (ৱাম্মা মথম্মোম্ম চাকপা মান্না কপশিন্নখিবরা?)

"…খে ম্মনা ঐখোয়বু য়াম্না তুৰচনা খল্লি। সমাজসিনা ঐখোয়বু তাম্থোকই থাপনা। য়াম্না থাপনা তানথোকপী মরমদি ঐখোয়বু উরুবা নখোয় চহী অমা দাই ম্মারোই। ঐখোয়গী হকচাং কয়াৎপু শোকলুবা নখোয় চহী অহুম মঙ্গল ওইরোই ......"

(ও। ঐবু চহী অহুম দাই য়াররোইদবা! মঙ্গল ওইর-রোইদবা! ঐ মাংলবা! ঐবু মাংথোকপীরবা! বোম্বে সহরগী ওক্তবী মকোলনা ঐবু মাংথোকলবা! অদুদি ঐ করিগীদমক মফম অসিদা চঙলকখি?)

" ...... অত্থুবু ঐখোয়সু মীনি! ফাওই অরা-মুংঙাই! অরাম-খৌরাংবা! হিংনিংই নখোয়গুম্মা! ঐখোয়গীসু ইথম্মোয়গী ইপাউ ফোঙদোকপা ঙম্বা লোন লৈজে! ইচীন পানজে!

··· চাউখৎলবা ঙসিগী সমাজ অসিনা ঐখোয়গী অরাবসি করিগীদমক কোকহনবা ঙমদে! ঐখোয়বু শারা? ঐখোয়বু তীল্লা? ঐখোয়বু করি ওইনা উবীবগে? মী ওইনা উবীখিবা নত্রা? ......ঙসাইমথৈ ঐবু মী ওইনা উবীখিবদাই?

(ঐ করিস্থ খুমখিদে। মঙোন্দা তুমিন য়েংহুনা লৈখি। মাগী মীৎতগী তারকপা পিদি লেপখিদে অমগী মথংদ অমা।)

...... ঐনা কয়ারক হোৎনজবদগী ফংজখি থবক অমতং অসিগুম্বা বাবু ভায়া শেনজাও পায়বা ময়ামগী তিনফম হোটেল-সিদা! স্নুপগী সেবা তৌনবা। অতিথিবু সেবা তৌনবা! মখোয়গী পাখোল্লোয় ওইননবা। পুক্নীংগী অপাম্বা ফোঙননবা। ...... ঐগী ইশক অসিনা ঐগী ইরাইবকসি থীহল্লি য়াম্না তোয়না, .... অমুকস্নু ইরাইবকসি ফহল্লি শক মাতনা।

( মান্নি, মশকসিতনা ঐবুস্নু ঙাওহনখিবনি। অহূনা নঙনা চৈ চাখিবনি। মশকসিতনা মাগুম্বী অতোনবা তীল অমনা হোটেলসিদা মশক লোৎতুনা থবক ফংবনি। )

" ঙসিদি ঐ লোংমদা লুপা তরাদি তানবা ঙমই। মতুনা হিংলি ঐগী পুন্সি। শিবা ঙাইবফাওবদি ঙমলনি খল্লি।

— ঐগী ইপিজাশিংনা ঐবু কয়ারক ফাহুনা পুগদবগী হেৎ-নখ্রবনি। কয়ারক হোৎনখ্রবনি মখোয়গী ইজ্রেং য়েংল্লি হায়হুনা। অহুবু ঐ হিংবা পামই। ঐস্নু মী অমা ওইনা হিংজনীংই। নখোয়গী নরক তিনজনীংই। অপীকপা ঐগী অপীকপা মফম অমতং মীওইবা সনাভগী মরক্ত নিজনিংই।

o o o o o o o o o

ঐ মখা তারমদ্রে। থুনমক হৌগৎলম্মী। লুপা চাম্মগী নোট অমা মাগী মখুত্তা পীরম্মী। খোঙ ময়াদ খোঙ নাম্ম কাম্থোকলগা হন্না অমুক্তং য়েংশিনখি। মাগী চাইখায়রবা মফি ময়োলশিংতুগী মরক্তা নাম্ম নাম্ম তারবা থাখুম অনীনা উপাই লৈত য়েংহোই।

বোম্বে

তাং ৫।৭।৮২ ইং।

# ডাইগ-নোসিস

"অমুরৈনা ঙসি নিনি হুমনিসি চাদ'থক্কনা লৈখিবসি মুং-ঙাইতেদা।" ইমানা নোংমা হায়খি। ঐঙোন্দা তাবীনবা শোন-খিবনি। ইমুংসিদা লৈরিবা মী কনা অমতনা অমুরৈগী অনাবগী মরমদা উন উনমক উশিন-খণ্ডশিন্নদা চংনখ্রবনি। উপাই লৈত্রবী ইমাতনা মাগী মতম খুদিং লোয়নহুনতা লৈমিন্নবদগী অমুরৈগী অৱাবা য়েংবা ঙমদহুনা কোয়চেন চেনজবতনি।

করম হায়না নারিবনো হায়হুনা ঐনা শঙ্গোয় মচিদা উতুপ তাবগুম তারিবা অমুরৈগী মনাক্তা চণ্ডলুই। ময়াং শাথিনা কং-শিল্লমলে। মমৈ মক্রাংদা লোনশিন্দুনা শদৌ থোংনা নিংশা সোর হোন্দুনা কুল্লম্মী। ঐ চণ্ডখিবদা কাবকতি য়েংলম্মী। মমৈহু হাইগে হোংনবহুফাও ঙনদনা তোকখি।

"এঃ মসিদি য়াম্না শাথিনা শোকচিনখ্রেদনা। কমদৌসিগে।" ঐগী ৱাহুগী মথা ইমানা শমথরকখি—"মুংশিখ্রবা হূইনি। শিহন-লাকহনখিবা য়াবা নত্তে। নখোয় পুম্নমকনা য়ুমসি থাদোক্কু্না চংনখ্রবা, ঐনসু পোংফম থোক্কবদি ৱাদহুনা থোকখ্রবদা ঐনা কবোক খোইহুম অমা মাগী শরুক তম্বীরম্নগা "অমুরৈ নঙ য়ুম

শওলমউকো, পোৎ মাঙহনবা য়াদে। "হায়রম্বদা মমৈ ফেৎ-ফেৎ হেক হাইরহ্রনা ঐগী ইতুংদি ইম্মনিং, ঐগী রাম্ভ হীক্তোক-নীংদা, উপাই লৈতহ্রনা খোঙজিন ময়াসিদা শাংত্রোং শাংনা কুন্দুনা য়ুম শওহ্রনা লৈহৌরিবনি। ঐমা কৈথেল হেক কুমলক-ত্রিবা ফাওবা কুল্লমলিবনি। 'ইখোলসিদা তুমীংফাওবা পাই-শিল্লকপা য়াবা নত্তে, মানা তাল্লিবা। ঐনা হল্লকলগা লৈরকপা ঙামোক মাগী শরুক তমলিবনি। ঐগী ইখোল হেক তাবদা ঙামোক চাগদবগী ফন-ফন হেক চোংহ্রনা হরাউরিবা, লাঙজরিবা মহানি। ঙসি হুমনি শুরেদো, ঙামোক চাও য়ারকত্রিবা। মুংশিদা অমুরৈ। কুমসিগী মেরাসিদদি চহি মরি শুরবনি। দশাস্থ কয়া পাঙলমলোই। মখোঙ মরি পানবা জিবনা তুখিবসি কয়া জুগোৎ চাগনদে হায়নৈ। নঙদি ঐগী বরদগী হিংখোকো। ঐনা রাঙড্ ললোনবা চৎঙৈদা নঙবু ঐগী ওইয়ু তমখিহ্রনা নঙবু রাঙড্দগী 'সি তান্না পুরকখিবনি। নঙসে লনস্থ চেল্লিদো অমুরৈ। নঙ হেক লাকপদগী ঐনা য়ুমসিদা খুয়া তুশিৎনা লৈজবা ফংইদো। ইচা ইগু থবক-ইংখাঙ ফংইদো! নঙ শিখিবা য়াত্রিকো অমুরৈ!"

ইমাগী মুংশিরবা রাহৈশিং অসি তাবদগী অমুরৈ থর খজিক মপাঙ্গল লৈরকপগুম তৌরকই। মকোক অহু থরদং থাঙ্গৎলহ্রনা করিগুম্বা অরাম খৌরাংবা থরদং পোকলকপগুম কোয়না য়েংলকই। ইমানা ঙা তোৎলগা চাক প্লেট অমগা ঈশিং লুমথোকতুনা ঈংহল্লবা কপ অমগা থাংজিন্দুনা হায়রকই— "সে-সে অমুরৈ, থরদং য়োৎপা য়াত্রা য়েংউ, নঙবু শিবা তারেনে পেম্মা! চাউ

চাউ থকউ হো .... হো ... কু ... কু ..... কু ... কু ."

ইমানা থেম্বদগী চিৎউনা চাক চখোম অমত্তংগা ঈশিং অমু-ক্তংগদি লৈত্তোন ত্তংখিনাল্লে।

"চৎলু-চৎলু ইবুঙো, ডাক্তার কালা কৌরুচো! থুনমক লাইয়েংহৌসি। কালাহুন্ন ফনা ফবগুমস্থ তৌবদাইনে। মা নত্রনে হাকুন অনস্থ এথোয়গী থঙ্গোংলাবসি ঈতোল ফায়তুনা শিদৌখৈ নাবদা মানা য়েলগা ফখিবত্তুবে।!"

চুমই, ডাক্তর কালা লৈনা! (তশেংবদি কালা ডাক্তর নত্তে, মাদি ডাক্তরখানা অতুগী চৌকিদারনি। সরকারনা শা-শলবু মশা-মউ ফনা নাদ-য়েক্তনা থন্নবগীদমক খুঙ্গংশিংদা লেংশিনরি সব সেন্তর অমমম হাংবীরি। মতুগীদমক মতীক চাবা ডাক্তর নত্রগা কম্পাউণ্ডর থনলি। কালাবুনা চৌকিদার হাপখিবনি। ঙাওচংনরুরবা কালা ঙসিদি ফনসিমা ফ জবদগী মচীঞ্জাক চাজরে। হুংঙাইজরে। মতুগী মতীক মহাক থবায় য়াওনা থবক তৌই। অয়ুক পুং তরেৎ তাবদগী ডাক্তরখানাগী থোঙ হাংদোকই। য়াইরম শীৎ শেংদোকই। করিগুম্বদা শা শনগী হিদাক লাংথক মানা থোকপা পী। খুঙ্গং লৈকায়সিনা লাইয়েংশঙ অসিদা থবক তৌরিবা মীসি কনা-কনানো হায়বা খঙদ্রবমকস্থ কালাদংবুদি মশক মুন্না খঙই। মাগী হৈনিং-শিংনিংবা অসিদা ডাক্তরনস্থ মঙোন্দা অয়াম্বা হিদাক লাংথক অমস্থং লাইয়েংবগী পাউতাক পীরম্মী। অতুগা মাদি (ডাক্তরদি) থা অমগী মনুংদা নোংমা ফাদোক লাকলগা সহি তক্না তৌরমলগা অতুম্মক চৎখি। হৌজিক-হৌজিক

লাইয়েংশঙ অসিগী অমতা ঙায়বা ডাক্তর হায়ববু কালানি।)

"ঐ তা' কালা কৌরুখিগে ইমা! চুমইনে, মাস্থ ফনদি খঙলমলগনি। হাকুম ঐখোয়গী ষন নাবদস্থ মখোয়গী ডাক্তর লৈতহনা মানা লায়েংখি, অছুম ফখি

০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০

"উন, অছুনা শান্তিকমারা (ঐগী মিং শান্তিমার) নখোরগী ষন থঙ্গোংলাবগী অনাবসি মখোঙ হামই হ য়বনিকো। নোং-মদা মশাং খঙদনা অপেৎপসি পঙহামদা হামখ্রবা! হছুগা ঈতোলস্থ ফায়বকো কুমারা! (ঙহাক খল্লগা) মীনা খোঙ হামলবদি সলফা গুনাইনদিন নোংমদা ৪ দগী ৮ ফাওবা পীজে। ষনলাবা অমনা মী অমদগী বোদিরেট টেন টাইমস হেন্না লূনই। অছুনদি নখোয়গী ষনল'বসি পঙচাউস্থ চাউদ্রি। ষননিনা তোয়না পীজবস্থ য়ারোই। মরিগী হীংদা পাবদা নো মদা সলফাগুনাইন-দিন নিফূ মুমীৎ হুমনি পীজবা তারে। গুলি ১২০ থৌরাং তৌরো কুমারা। অছুনদি ঈতোলস্থ য়াহবকো? মছুগীনা ইম্রো-কুাইনোল গুলি নিফূ'নিফূ, মুমীৎ হুমনিগী ১২০ অমগা পুন্না গুলি ২৪০ থৌরাং তৌবা তারে।"

"এঃ তা'কালা! অছুক য়াম্বা গুলিছুদি করম্না ষনসিদা পীজগনি?" ঐনা ঙক্তুনা হংখি।

"অঙ্ক লৈ কুমারা? অঙ্ক লৈ!" মানা খিগৎতুনা নোল্লগা খুমলকই। মাগী মতৌছুদা মুংঙাইরছুনা ঐনা চুরুট মচৈ অমা লানশিনখি। মুড়া থাই। অঙাঙ থাছুনা হিদাক লৈহনখি।

"ফম্মূ তাদ। চুরুটতুম থকখিসি।"

মানা মুড়' থাফনত্থু য়েংলগা হায়রকই—"সিনিদো কুমারা। ঘন ডাক্তোরা তম্ব' তল্লি তল্লি হায়নরিবত্থু!"

ঐনা ঙক্না হংখি—"কৈদোরগেনে তাদ?"

"মুড়াসিদম্থু খর নাননা ফমসি হায়বা! চুরুটসিবু মহাও খঙলরোইনে।" অসি হায়রগা মনাতোন শুপকৎলগা ময়া খিগৎ-তুনা "খিঃ-খিঃ" লাউনা নোকই। মানা নোকপদা মুরবা মঙক-শমগী শিংলি তচৌবা ময়াম ফন ফন চোংথোরকই। মখা তারকই— "ফাগী তৌবনিদা ইনাওসিদি। অনাবগী মনাক্তা ফমহনবা হৌনৈ মাইবা ডাক্তোরাবু!" ইচুম হেক চুমথোকই।

মানা চুরুট চমলগা মমিৎ মানা উইশিন্দুনা অমুক্তং ঙমজবী থাত্থুনা চিংই। ইঙ্গিমুক ঙাংশং ঙাঙনা চাকহৌই চুরুটতু। ফনা কুইনা মৈথুগী মহাও লৌরুরবা তুংদা ইঙনা শাংনা কামথোরকই··· হু···। কামথোক কামথোকনা হংলকখি— "করিনদি খ্বাইদৈ হেন্না পামই?"

"কৈবো?" ঐনা হংখি ঙক্না।

"নখোয়গী থঙ্গাংলাবনা চাগনববো হায়বা?"

"ও! য়েন্থৌ মনৌ!"

"উম! অত্থুদি য়েন্থৌ মনৌত্থু খুবাম অদি/মরিদং হেক্রুরো।" ঐনা হেক্লগা পুশিল্লবা তুংদা ঐখোয় মরি-মঙা চঙত্থুনা ঘনলাবত্থু শুমাংদা চিংথোকলে। ময়াম চঙত্থুনা নমই। তাদ কালানা য়েন্থৌ মনৌ খুবাম অমদা সলফা গুনাইনদিন নিফু, ইস্ত্রোক্যুইন-নোল নিফু, পুন্না গুলি মরিফু য়োমলগা ঘনগী ময়া ফাক্লোক্তুনা

মপান্বোম মখোঙ থেংনা মখৌনাওদা নমশিন্নখি। ময়াম চঙহুনা নমলবা ষনলাবহু মমীৎ মনা ডোরোং-ডোরোং ওনখৎতুনা খাঙখি। গুলি মঙা তরাদি মতীলগা লোয়ননা ৎখোরকখি।

অম্মুম্মা মুমীৎ হুমনি পীজরবা মতু দা ৎঙ্গোংলাবা মখোঙ হাম্বা ফখি, ঈতোল ফায়বা লেপখি। মশা মউ ফৎকখি। ডাক্তর কালাগী ডাইগনোসিস মহয় য়ানখি। চৌকিদার কালা কাউনখি। ডাক্তর কালা উপাধি ফংখি!

o o o o oo

"চুমইনে ইমা! ঐ ডাক্তর কালা কোরুখিগে!"

থুনমক চৎতুনা মাগা উনরুই। মাগী ডাক্তরগী খাউনচিংবা পুরহুনা থুনমক ঐগা লাকমিন্নখি। মা ল কপা ফাওবা ম্নেংবা ওমখিদে ঐখোয়গী অমুরৈহু। ঐনা মনাক্তা মুড়া থাহুনা ইবান্নি ফম্মিন্নে। ইমানা থোরক্কুনা মাবু উবদা হায়রকই—

"ইবুঙো কালা, ইমাগী হূইসে হিংহনদবা য়াদে। নঙনা ফনবা অমুক্তা নিংথীনা য়েংউকো ইবুঙো।"

"য়েংসি য়েংসি ইন্দোল! করি করি তৌরবা, কয়াদি কুইরবা?"

"চাক ঈশিং চাউ-থকউ য়ারক্কবা ওসি হুমনিরোম পুরা ফারে। মরৈসি মতিল অর-অর তাই। ময়াদ কোঙ্গোলস্মু ৰায়। মতু ইপোল পোল্লহুনা মমৈ মক্রাং লোনশিন্দুনা ওরাং ফাওবসি তুফক-তুফাই ইচন-চন্দুনা লৈরম্মী। ওসি অয়ুক্তগীদি তুখিবদগী হোৌগৎলু য়াদ্রেদনসে। মুংশিদা অমুরৈ! নঙ লৈত্রবদি কনানা য়ুম শঙবীগনি? শিখিবা য়াদেকো .....!"

কালাবাবু নাগী খাউদগী লাইরিক অমা ফাক্তুনা করি করিনো য়েংই। ঙহাক য়েংলুরবা মতুংদা খুৎলায় অমা পুথোকতুনা হায়রকই- "হুইসি ফাংকো কুমারা। তেমপরেচরদি ফনা রাংলেনেসে। ফরে, মানা নারিবসি সুমদোসি, পেনিনসলিল তরানিথোইরক্তুং কাপথোকসি! নোংমদা অহুমলক/অহুমলক কাপ্প, মুনৌৎ মরিনি কাপ্পদা মশাসি হেক্তা কল্লগদবনি। অহুদি নঙ লৈরুরোনা কুমারা!"

"ফে, লৈরুগে তাদ।"

থুনমক চৎতুনা হিদাক য়োনফমদগী লৈরুই। পুরকপগা কাপনবা শেম শাই। ইমাগা ঐগা চঙতুনা অমুরৈবু নমই। হৈ-শিংলবা কালানা করম্নবু কাপখিবনো ফৎ-শৎ— "য়ারে— য়ারে!" হেক্তা হায়।

ঙসাই মখৈ উতুপ তাবগুম তুহুনা লৈরম্বা অমুরৈ অয়াকপা খোঞ্জেলগা লোয়ননা ময়া খিগৎতুনা ঙাওনা ফৈনা হোৗগৎলকই। হুইগী মতৌ উবদা তাদ কালানা ঐগী ইরুমদা লোৎলগা হায়— "চৌক্কনিকো কুমারা চৌকনিকো! ..... ... ফাগী তানিকো কুমারা চৌক্কনিকো ।" হুইগী শাথুপ য়েংনা শাথুপ হৈনা উরু-রু লৈনা ঐগী ইরুমদা লোৎপা হোৎনৈ। ঐনা চৈবদগী অমুরৈছু য়াম্না শাউনা ভুরোই ঙামলোই মনিং-মম্না তম্না চেনখি। মানা চেনখিবছু য়েংলগা ......." তো-তো ··· হিদাক্কী মগুণ কয়াদ কনগ্রবা। ঙসাই মখৈ উতুপ তাবগুম তারম্বছু তাখো হায়বা! অমুক্কবু ঙায়রি, ফনবু য়াম্না কনখৎলিনে! হিদাকসিনা জিরি-জিরি হেক

চঙখিবগা ইনর্জিসি রং লাউনা হেক্তা কাবজাৎনি। হোরেল অমুক্তা কাপলবদি "চাক কইঁ। ঈশিং কইঁ। হেক্তা হায়রদমনি !" অসি হায়রগা মাগী হৌনবী খী খী লাউনা হেক নোকই। মাগী মতৌ অমদি হূইগী মতৌ উবদা ইমাস্থ ঐস্থ ওস্থোক্লা হরাওখি। ঐনা লুপা তরা পুথোক্তুনা দণ্ডবৎ তৌরগা খুরুমই। "হোরেলস্থ মতম চানা লাকপীয়ুকো তাদ। ফরগা অমুক য়াম্না কৎচখিগনি।"

"হোয়দা হোয়দা তৌদ্রবস্থ য়াবনি!" হায়খি। অদুবু ঐনা হৌগৎলকপদদি লুপা তরাদু মাগী জেপ য়ৌরমলে।

"অদুদি য়ৌরগে, ষন লাইমিং লৌগদবস্থ, মরু কাপকদবস্থ য়াম্না লৈহৌরি। হোরেল মতম চানা য়ৌরক্লগে।"

"ফনি ফনি তাদ, য়ৌবীরো।"

o o o o o o

মুংখিল পুং অমগী অদুরাইদা ইমানা লেত্রিন চঙগনি হায়দুনা মনিংলোমদা চঙখি। ওহাক লৈরগা কৌরকই—

—"শান্তি শান্তি!"

—"করি হায়'গে ইমা?"

—"লাউ লাউ য়েংলুলাউ!"

—"কৈদৌরগেনে?"

—"চন্দালগী কালাদো! সিবু হৌনব্রনে?"

ওস্থোকপনি! অমুরৈ শিরমলে। মচান মরৈ মুশিন মুনা কাহৎতুনা শিরমলে।

ওম্মোকপা ক্ষেনফম অমদা তাদ কালা য়োরকখি। হায়ন-খিবা মতম চানা। থোঙ্গাললোমদগী মায়থোং মকা লাম্না হংলকই—

"কমদোরে কুমারা? চাক চাবা ওমলবরা?"

"লেঙশিনবীরকউ তাদ!"

মা হরাও হরাও চঙলকই। ঐনা মুড়া থাহনা ফমহল্লি। চুরুট পুথোক্লনা লাল্লি। মানা চুরুটতু চমলগা কম্না অমুক্তং চিংলহনা হায়রকই—

—কদায়দবু লৈথ্রবগেনে হূইহবো?

ঐনা খুমখি তপনা—

—"শিথ্রে তাদ! হূই শিথ্রে!"

তাং ২৭।২।৮২ ইং

---

# ০ ০ ০ ০ চৈনা অমা খাঙলি ঐনা
# চৈনা অসি খাঙখিনি অস্থুম ০ ০ ০

অনৌবীত্থু মমৌ হুপীনা মখা থংবা দারিদা থাংদোক্লুনা থমলমলগা চংখি। নিংথম থাগী মতমনি। অয়ুক্কী পুং তরাহুম ভারমলনি। হৌজিক ফাওবা চাক-ঈশিং থোংত্রি। মমৌ হুপী ঈরুজবা চংখি। অনৌবী নারুবদগী মপাল ঈপালদা থোক্লুনা অস্থুমা হুংশা য়াইবা ঙমলকলিবসি ঙসি নোংম-নিনিদা মঙায়রি।

অনৌবী চহি নিফু চঙলকপদা মঙায়রি। য়ুমসিদা চহি তরাতরুক চঙলকত্রিঙৈদা মমা মপানা থাক্করকপনি। মুংঙাই-য়াইফৈ হায়দুনা খল্লগা থাজরকপনি। অশেংবনি, মাগী মপুরোংবা মোহোন ঙসিস্থু মৈত্রবাক্কী ইনাক-কৈরাক খুনবশিংগী মন্থুংদা অমনি।

ইনাক খুনবা মচানিনা মোহোনদি ঙসি চহি নিফু মঙা চঙজরবস্থু পাখঙমচাগুম তগৎ-তগৎ তেকলি। তনৌ তনৌ উরি। নহা ওইনা শেল পায়বা মোহোনবু মৈত্রবাক্কী শকহেল্লবীশিংনা কল্লক্কবা ঙমখিদে। মোহোনদি মরেক চংতে, অদুবু বি, এ,/এম, এ, পাস তৌরবী মীরৈবাক্তা মখল মথেলগী ট্রেনিং চংলুহনা দিগ্রি দিপ্লোমা ফংলবী, থবক থিরিবী অমদি থবক তৌরদুনা মওং ভাবা মুপা থিরিবা মৈত্রবাক্কী শকহেল্লবী চন্থুরাশিংনা মোহোনগী

মিন্নুংশি চাউবগী মরমদা ওম্নমক তানরবনি। মাদি মোহোন কৌবত নত্তে, মশকতমু শুন্ধাৎপনি। মতোমতা পোকপনি। মরলম্ব হিমালয়গুম পৈবনি। মতীক চারবী শকহেল্লবীশিংনা থল্লি। থোইদোক্লা অহল ওইদে। কৈ'মতা কায়দে।

অয়াম্বা মপা খিরিবী শকহেল্লবীশিংনা ত্তিনশিনবগী থাই-দোকপগী অঙ্ক কুপ্পা খোৎতুনা য়েংনবদা অম্মুম্না ফল তানবা চাকনি "চহি কুন্থ্রা থবক তৌবদা লিশিং অমা থাদ ফংবগী হৌংদা লুপা ৩,৬০,০০০। অসিগুম্বা পুন্সি হিংবা য়াবা থবক অমগী মমল লুপা লিশিং কুন নত্রগা কুন্থ্রা পীহুনা লৈগনি। পুন্সি চুপ্পা শেন্দোয়তা শিংহুনা লেনগনি। ফজবা ফি, ফজবা য়ুম, অহাঙবা চীঞ্জাক অমতমু ইনিং তম্না ফংজবা ওমলোই, মীগী মীনায় ওইগনি। সরকারনা তেক্স লৌগনি। অতুম পুথহুনা শিথিনি। ইচা ইশু শেম্লম্বা ওমলোই, মখোয়মু মীনায় ওই-হৌনি। মোহোনদা লৈরবদি খরচ পুম্বা মাগী ওইগনি। অহেনবা ওইনা সনা লুপা, জিপ-কার, মথোল মথোলগী য়ুম, মাগী য়ামলবা সম্পত্তিগী স্বত্ব ঐগীমু শরূক য়াওহৌগনি। মীনা মিংগী মমৈদা 'বেম্মা ( শেল পায়বা মীগী মি গৌদা ) হায়বসিমা ব্যবহারগা লোয়ননা শোয়দনা হাপকনি। অচৌ অশাং মরক্তা ফিদা ফংগনি।

অম্মুম্না মহেৎমশিং মতীক চানা হৈরবী শকহেল্লবী ঙাক্তনা মাগী মীৎকুপ নাহুম য়েংহুনা লৈনৈ। মুপীশিং অসিনা খল্লরি-বসিদা করিদি কায়রিবা ? মৈত্রবাক্কী শেপ্পাও পায়বা নিপা অমগী মাগী ষ্টেটস ওনবা তারবদি মানা লোল্লিবা মুপী মশিংদা ওনবা

হায়বসিমদি লৈবাকস্থগী মৈহৌরোনদগী চৎনবী অমা ওইরকলি। মুপী লোনবসি সম্পতী লেপনবগুম খন্নরকলি। শেলবু পায়রবদি মুপী লোম্নবদা অচুক হাক্লা প্রোব্লেম ওইনদে।

হৌজিক হৌজিক মোহোন বাবুগী মতু তরানিথোই লৈ। লোইনা নহানি- লোইনা ফজে, লোইনা মতীক চায়। চাদবা হায়ববু খ্বাইগী অহল ওইনা হৌজিক লৈরিবী অনৌবীতনি। মাদি চহি লিরে, মশক হন্থরে, লাইরিক হৈতে। অনৌবীগী মমাওদস্থ পানদে-পামদে হায়দুনা লুহোং-লুহোংলুরগা থাইনখিবা অনীদি শুখ্রে। মাবুদি লুনা তৌখি। অহানবা চহি তরা পানরবগী তুংদা মরিশুবী ওইনা লাকখিবী "ফজবী" নি। ফজবী বিঃ কমঃ পাস তৌরবগী তুংদা মোহোন বাবুগী ওফিসতা থবক তৌখি, মথঙ মথঙ মাগী পি, এ, ওইখি। অদুদগী মাগী মুপী ওইশিনখি। মথঙদা মাগী পোকমিন্নবী মনাও মুপী কুমারীনি। মচেগী মনাক্ত লাইরিক তমদুনা লৈবদগী লৌশিনখিবনি। এম, এ, পাস তৌরবগী তুংদা কলেজগী ওঝা ওইগনি হায়দুনা মতৈ- ইবুঙোনা পু পুদুনা রানোম্বা তোয়না চৎমিন্নখি জিপতা, কারদা। অদুদগী অসিগুম্বা লাইফ লোং পরমেনেন্ট পোষ্টসি ফংখিবনি। মচে ফজবীনা মনাওমুপী কুমারীবু মশম ফোয়খি। উপায় লৈতে, মরাদু শকহেনবী নহা ওইরিবী মনাওমুপী কুমারীনা পুদুনা চৎখি। খর লৈরগা কুমারীগা লাইরিক তমমিন্নবী, লুনা তিন্নরকখিবী স্নমতীনা মতা কুমারীগী রাইফ পাউজেল হংবা লাকপদা মোহোনগী ফজরবা শুদ্ধৎনিংঙাই ওইরবা মায়থোংগা মিৎচানখি। শুদ্ধৎ-

খিদবরা খঙদে। ভশেংবদি মম্নাম্না ম্নাদে হাম্নদ্বুনা ইতোপ তোম্না কুমারীগী নদক্তা চহি ওন্দনা শাখিবা ফজরবা মথোল অনীগী বিলদিং, থোনর্ব খিবা সনা-লুপা লন-থুম সমপত্তি জিপ কার পুম্নমক স্নুমতীনা উথিবনি। মহুনা মহাকপুম্ন কল্লকহল্লম্বা ম্নাই।

হৌজিক কুমারী মচা পোকলি। ইমুংগী থবক ইনখাঙ নোমবীনবা কনা লৈতে। মমাম্নু মচেম্নু শাউনবদগী মাগী মনাক্ত থোইনা চঙলকখি'দ। স্নুমতীবু মানা মতেঙ পাংবীম্নু হায়জরুবনি। স্নুমতী মরুপকী মতেঙ পাংলখি। তোম্ননা লাকখি।

স্নুমতী ফজবীনি। খরদি পীকচৈ হাম্নববু রাশিনা মতুম মতুম ম্নাম্বীনি। মাগী মীনোকপু উরুরবা পাখঙহুদি ষম্বা থাগী লামচা ওনবদি শোম্নত্রবনি। অহুনা স্নুমতী পোঙবনি। মানা এম. এ. পাস তৌবা ঙমলকপদি মঙোন্দ! থোয়চৎনবা অহুমা ম্নাওজখিবহুননি। অদুদৈ অহানবা কলেজ কারকপদা নোংমা নিনিদি চেনবোই চিংবোই বদনাম নচেৎ অমম্নু চাজত্রবনি। অহুদৈ পাখঙ কম্না মম্না কুমনখি। অহুম ওইনমক মাগী থোয়চৎনবদি মম্নেং তাখিদে। মুংশিনরম্বা কোম্ননরম্বা কয়া কম্না উপাই লৈত শঙ্গোয় লুকে।ম্ন তেক্লখি য়াগ-ম্নাগদবা ম্নেংনহুনা। মাদং ফরক তাহোবনি। অহুম ওইনমক ঙসি ফাওবদা মাগী মতীংহু লৈজ-রিবী স্নুমতীনি।

খঙহোদনা নোংম নিনি মতেঙ পাংলম্বী স্নুমতীগী লাংদা মপুরোইবা থুংব্রে তাবদা ঈ নৌরিবী কুমারী ঈশিং চাইহুনা লাক্লখি।

স্নুনতীগী মচিল মনাও ম্নাম্নই। লোইনা ফজে, লোইন নিংথি। লোইনা মতীক চায়। নিপাদি অমথক্ত! মুপীদি মানা অহল

ওইরগা লৈশাবী ভাক্তা মতুম মতুম তরেৎ! সুমতী, দগুনতী, বিনোদিনী, কানোল, বালা, রাশি অমদি বিনোমালা! মীনা মখোয়বু হেল্লোয় তরেৎ হায়রনৈ।

অঙকপা ওইনা থোকপীগনু! হায়ক্তিন্নবা ওইনা লৌবীগনু! মচেগা থানা মথঙ-মথঙ হেল্লোয় তরেৎমক মোহোন বাবুগী সেবা কংনখি মথঙ-মথঙ ...... ...! শাংলবা সংবাদগী হাংজদো মানবা য়ুম পরেং অমা কোন্নুং লমপাক্ত শাহনা মখোয় মচীন-মনাও তরেৎ পুন্না থম্নবা হোৎনখি। ইতোন তোনবী বিনো মালাহদি করিগী শকনো! মতাম ওইনা ফজখ্রে। তনৌ-তনৌ তনাল তনাল, শোকলুবদা তুমখিদবোই হেক নীংই শুরু শুরু ......! মশাদ নমথী হানৈ মনা অমতা পকলমলোই-বোই হেক নীংই! হেল্লোয় তরেৎকী অতোনবী হায়বহবু মামুক ফজরিগদ্রা! থাজদে। মতুমদি মোহোন বাবুনা চু পায়বগুম থাবা লৈখিদ্রে। মীরৈবাক্তা চৎলে পুরে, ওফিসতা চৎলে পুরে। চহিসু তরানিপালতমক চঙলকলি। মাগীদি মচে খোয়না য়াম্না য়েংশিললি হায়হনা নিউচেকোনদা অনৌবা লম অমা লৈহনা হন্দক্তা লাক্ষ কয়া চঙবা ফজরবা বাঙ্গলো মানবা য়ুম অমা শাবা লোইরে। মবাম্নি লৈ-মিন্নে। মচাসু নমপোক নমপোক অনী শুবে। চহি কাংদে। অহবু মোহোন বাবুগী রাখল হল্লমাল্লে, অহৈদদি মুপী অমনবু অঙাঙ অমা পোকলবদি অতোপ্পা অমা থিরকপা শোয়দ্রে। তৌবগীদি মহাক অহল ওইশিল্লকলে ঙসিদি. অহনসু ওইরম্বা য়াই।

ইন্দক মোহোন বাবুগী মণিপুরী ফিল্ম অমা নমলি। মাগী ফিল্মগী হেরোইনছুগা তোয়না চৎমিন্নৈ তাবদগী নোংমদি বিনো মালাগা থৎনৈ—"ঐবু থরায় নুংঙাইহবা তোইনজগনু, ঐদি হু চাহুনা নমাঙদা হেক্তা শিদোকচনি।"

—"কৈদৌগেনে মালা? নঙনা শিগ্গা ঐনা করম হিং-হৌদৌরিবা?"

—"নঙনা কুল্লবতী (হেরোইন) গা হকচীন্না তিন্নবহু ঐ পামদে। খঙঙোইদবোই নীংব্রা? লাইরিক তম্মীন্নরকই। ড্রামা য়াওবী মহা অফাওবা, মহা ওক্রবী, মহা ক ....."

—"হায়, মীবু অহুক নানা হায়গনু। ফিল্ম লোইদ্রি!"

—"মাগী কনট্রেক্ট কয়ানো, লোইনা পীথোকখো। মা অমুক যিল্ম য়াওহনগনু। মহোই পাবুংসু ঙসিদগী মাগা চৎমিন্নবা শুকয়া য়ারোই।"

—"কৈনোনে মালা! ফিল্ম অমা নম্বা হায়বসিবু থথাগী থবকলনে? সরকারদগী শেল তেংখৈ পুরগা নমলিবনি। থামুক সিদা লুপা লাক্ষ কুন্ত্রা লোইখ্রবনি, তংখায় ফাওবা চনদ্রি। মসিদা নঙনা মীগা থৎনরুরবদি শেল মাঙলোইদ্রা?"

—"মাঙলগা মাঙলেদনা! ঐগী কাদ য়েৎকদবা মীদি মশোক পায়হুনা হাইহৎকদবনি। ঐগী ইখজাই নাম্ম ফংপোৎতেয়ে?"

—"অহু ওইরগা নঙ হেক কুমলোদনা?"

—"নঙনবু হিরো ওইনি হায়রবদি ঐ কুমবীগেনে।"

উপাই লৈতে, চৌনফেন ফবী মালানি। মতু লোনবদা

হালেঙবা লৈত্রবা মপুরোইববু মানা লোইহল্লগে, মখা অমুক তাহল্লরোই হায়বসি মাগী আশানি। মাগী রাশকনি। মখা তারকই—

"হয়েংদগীদি ঐগা চৎমিন্নগনি। মা হৌজিক ভাওবা য়াবরা য়েংগে। লম হেল্লবদি মরূ কোকথোকলগা শুনু য়াইঙং তৈগনি। ঐগী ইগুণ খণ্ডদ শারিয়ে।"

শুৎ শুৎ কপলকই।

মোহোন্না চঙশিন্দুনা থেমই—

—"ফত্তে! ফত্তে! তোকওনে সে? ঈ নৌরিডৈসিদা নথ্বাই সুংজাইতবা রাখল খনগনু। মায়হীং কাবকা য়াপোৎত্রি।"

o o o o o o

মোহোনগী ফিল্ম জুবলি হীৎ ওইখি। ভারত শিন থুংনা চৎখি। মহুনা মাবু লাক্ষ কয়াগী শেন্দোং ফংহনখি। হান্নদগী মাগী মিংচৎ হেনগৎলকখি। হন্দক মালাগা মাগা পূন্না বোম্বেদা চৎমিন্নখি। অনৌবা ফিল্ম অমগী দমক অফাওবা ফিল্ম ষ্টারশিংগা কনট্রেক্ট তৌনবা চৎখিবনি হায়।

o o o o o o

পুন্নমক অনৌবী নীংশিংলি।

—"অচাথাউবু লৈরমদ্রে অবোক!" মমৌ মুপী সখিনা হায়রকই।

—"মখায় অমগীরা লূপা অমগীরা হেক লৈরুরো মমাও তুকান্দগা।" অনৌবীনা হায়খি।

মমৌ মুপীহু চৎতে। ভুমিন লৈ।

—"কৈদৌরগে সখি?"

—"পৈশা?"

—"নঙোন্দদি কৈ'মতা লৈত্রব্রা?"

—"লৈত্রে!"

"ত্রেসু পৈশা মরি পকত্রে। হেক্তা শোৎপরা লাকপরা লেঁ রুরোনে ইবেন্মা!"

য়াম্না হৈনিংদনা চৎখি মমৌনুপীহু!

—"ইমুং অসি পানবা ওমনি থাজরকত্রে।" অনৌবীনা খল্লি। "অরাৎপগী অরাৎপা ভাক্তা, শুবীনবা, নোম্বানবসু য়াওদে, নোংমর্গী চাদ-থক্তবদি য়াদে, করম পানগনি?"

তশেংনমক অনৌবীনা হন্দক থামখায় অমরোম কুন্দুনা লৈরকপসি করিগুম্বা হিদাক লাংথক অমতা চাখিদে। করিগুম্বা কনাগুম্বা অমতগী মতেঙ ফংখিদে। তশেংনমক শা-ভাগুন কূনবা মখৈ কুল্লুরগা মথন্নতা ফরকপনি।

তাং ৩১। ২। ৮৩

## মীংয়েংতুগী মীনোক্লুনা

সাবিত্রী ! নঙগী মীংয়েংতু লাল্লি। অতুম্না অতৈদা য়েংলবস্থু মঙবু তম্বীরিবা ওঝা অমদদি তচুম্না য়েংবতু য়াম্না লাল্লি। তশেংনমক লাল্লি। ঐ ঙাওনীংই। ঐ শুম্নাংলি ! ঐ হৈনদে, য়াম্নমক হৈনদে। য়াম্না খল্লুরগা ঐ পূক মংক মথা ওল্লি। মতুনা তশেংনমক অয়েংবা খুদিংগী থম্মোয়বু মথক-মথা ওল্লা পাঙহল্লমলবদি মতুমক ওন্থোক্লা চাউরবা নরাল অমা ওইগনি। নঙগী মরাল ওইনি সাবিত্রী থাজৌ ! ঐ নঙগী মিং থঙলগদে। তশেংনমক খঙদে। নঙ হৌখিবা ঐগী ক্লাসশিং য়াম্না য়াওরম্বা য়াই, য়াওরমদবা য়াই, মতু ঐ খঙদে। অতুবু নঙগী মীংয়েংতু মতমতুদা ঐগা চান্নমদবা নত্রগা লাইবক ফতুনা ঐনা উখিদবতু ঐগী য়াম্না ইরাইবক ফবনি। করিগুম্বা মতুনা পাল্লম্বা থোকলবা, মতুগুম্না য়েংলম্বতু থেংনরম্বা থোকলবা ঐ নখোয়দা লাইরিক তাকপা চঙলমদবা য়াই, পূক মথক-মথা ওল্লম্বা য়াই। মতু তশেংনমক ললবনি। ঐগা নঙগা (ঐগী ওইনা) অহানবা উনবসি পরীক্ষা হোলদনি (নঙগীদি কুইরম্বস্তু কনানা খঙবা ?)। মতুদস্থু ঐদি লোইনমক ইচনগুম খনখিবনি। ঐ করিস্থু থৌ-রা শাখিদবনি। অতুবু ঐনা নখোয়গী কাদ ইনভিজিলেটর ওইনা নঙগী ননাক্তা চৎপহৃদা নঙনা ঐঙোন্দা হংলকখিবতু. নাতৈ চাত্রবা ফিল্লপতু ! ঐনা শাউনা হায়খিবা নত্রা

॥ শরৎচন্দ্রগী রারী মচা মচা ॥

মসিবু ক্লু সরুমলা হায়না। অদুবু নঙনা য়েৎখৎলকখিবনি নঙগী কোয়না, মুনা, লংনা, লাওনা, অর্থ লৈরবা ( ঐনদি মরৌ লৈবা হায়নীংই ) মীৎয়েংদু ! মদু লাল্লি, তশেংনমক মদু লাল্লি। নঙগী মীৎয়েংদু মাল্লি। ঐনা শাউনা থোরকখিবনি। ঐ উই, নঙ ফনা কুইনা উংদুনা লৈখি। তাঙলবা মতমসিদা নঙনা ইবা লেপতুনা লৈথোকলিবদো করিগীনো ? পুং অহুমগী মেজিকসিদা নঙনা ইবা লেপতুনা তুমিন্না খল্লবদো করিনো ? অদুগা ঐনা মদু য়েংলুরিবনা করিগীনো ? ( খনখিবনি, ঙকখ্রেদা হৌজিক্কালগী অঙাঙশিংসি। করিগীনো মখোয়না লাইরিক পানিংদ্রিবা ? পরীক্ষা-তমক পাস তৌনিংবা, হোৎতি হোৎননিংদ্রিবা। নত্তে, মখোয়বু পরীক্ষাগীদমক কৈমতা ব্রাদবা জাৎলা ? পরীক্ষা লোইরকপদা ওনখিবা শক চুদু মখোয়গা হৌজিক্কী পরীক্ষা মথা অসিদম্বি ওল্লনগনি হায়বা ঐ শুকথা থাজদে। করিগীনো মখোয়না অস্থুক শণ্বা লম্বী পামলিবসি ? ওইদবা তৌবা ছাত্র ছাত্রি ফাবগী মহুৎতা অচুম্বা তৌরম্বা ফানবা থিবনা হেন্না খূৎলোয়রগনি। ) তশেংনমক ব্রানীংদবী নঙ নত্রগা নখোয়বুনি ঐনা য়াম্না শাও-নিংলিবসি। পরীক্ষাদ ওঝাদ ছাত্রিনা পাউথুম হংবগীদমক নঙবু নশক খঙনীংই। ঐ নঙবু য়েংবনি শাউনা। খঙহৌদনা নঙ অমুক য়েংখৎলকখি নঙগী কোয়রাওনবী নমীৎ অনীদু অর্থ লৈনা। নঙনা য়েংলিবদু করিনো ? নঙোন্দা থীনা হায়খি হায়বগীদমক-তরা ? অদুম্না অসুম্মক ঐবু শীংনদুনা য়েংলবদি নঙ শোয়দনা পরীক্ষা ফেল ওইগনি। অদুম্না থক য়েংগনু। নঙ য়াম্না লাল্লে।

নঙগী মীৎয়েংতু ললি। তশেংনমক লাল্লি। নঙ ইদ্রে, নঙ অমুক লূকথতুনা খল্লিবরা? খন্দবা নত্তে নঙগীতু, উংবনি। নঙ উংতুনা লৈবনি। কলম মচান্দু শোয়ন্দনা তেকলগনি। করিগীনো বল্লবা উপাকতুদা পীকলবা কলম মচান্দু কক কক খিন্দুনা শান্ন-রিবতু? (করিনো মানা তৌ-শারিসিবা? ঐ শাউনীংবনা মঙোন্দা শংত্রিক য়েংলম্মী।) খঙহৌদনা নঙ অমুক য়েংখৎলকখি।

নঙগী অঙাওবা মীৎয়েংনি। নঙদি তৌদবনিনা নমীৎতু য়াম্না ময়েক শেংই। মতু করম্বা মীৎয়েংনো? খঙহৌদনা নঙগী অঙাওবা মীৎয়েংতুগী মরক্তা নঙগী মায়থোংদা য়াম্না ইকায়খং-রকপগী মমি তারিবতুনা করিগীনো? (ঐ য়াম্না শাউনীংই। করিনো মানা তৌ'শারিসিবো!) ঐ থুনমক থোঙজাওরোমদা থোকলম্মী। কানথোকলমদাইদা অমুক্তং য়েংশিনখিবনি। মতু ফাওবদা নঙনা অতুক মরৌ লৈনা য়েংলম্মীবতু করিগীনো? নঙ ইদ্রে, তশেংনমক ইদ্রে, পুংখায় অমা ফারমলনি। করিনো নঙনা তৌরিবতুবো? ঐ শাউনা য়েংলম্মী। মতুগী পাউথুমলা নঙগী কাক্লনা হারবা মুরবা পিশুম অনতুনা লেঙ-লেঙ চৎলকলিবতু! নঙগী নথম্মোয়গী অরানবা ব্রাংলতু মীৎয়েংতুদা মমি তাই। তশেংনমক নঙ হান্না আর্ট তমলকপী ছাত্র অমা শোয়দনা ওইরমগনি।

রাউণ্ড অমা অমুক চংলি। নঙগী মপা য়ৌখি। নঙগী অঙাওবা মীৎয়েংতুনমক অমুকস্নু য়েংলকখিবনি। থুনমক ঐনা মপাতু লাম্বোক্কে তৌবদা নঙনা কৌরকখি—“ওঝা”

"কৈনো ?"

"ঐ তশেংনমক মসিনদি খঙদে।"

"অদুগা এবু কৈদো হায়রিবা ?"

"সিনতং তোরমলগা লোইশিনজরগে।"

ঐ তাশিন্নদনা অমুক চংখি কাচিন কোয়া থুংনা। খনদি খনখি মা লোইশিল্লগে হায়মাল্লে। মনীংগী ফালদা ফম্বী ছাত্রি অমগী কোইসন য়েংদুনা ফনা কুইনা লেপখি। তশেংবদি ঐনা কোইসন য়েংলিবদু নঙগী রাহংদুগী পাউখুম শেম্বনি। নঙনা মতম-দুমক্তদা তুং ওস্তোরক্লুনা য়েংথোরকখি। ঐগা অমুক মীং চানখি। ঐ খঙই, নঙগী মীংয়েংদু ওস্তোক্লা মরো চাউনা য়েংলকখি। নঙগী কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বী নশুং নমান্নবী অমদা থৌজান-খিবদা থরায় চাক্লা য়েংবা মীংয়েংদুমকনি। ঐদি নঙগী কনা-গুম্বদু নত্তে, মদুমকতি হাকনল্লি, মদুমক্তি য়াম্না লাল্লি। রাহংদুগী পাউখুন পুক্তা পুরদুনা ঐ অমুক হল্লকখি নঙগী ননাক তম্না। মতমদু ফাওবা নঙ করিগুম্বা অমতা ইরমদনা তুমিন্না লৈরম্মী। ঐনা নঙগী ননাক য়োরবা মতমদা ঐ লেপখি। তাকলগে খন্না লাকলবনি নঙগী খোরাংলবা রাহংদুগী পাউখুম। মদুদদি নঙগী এদমিৎ কার্দতুনা অন্সর স্ক্রিপতু থুমজিল্লদুনা তুমিন লৈরম্মী। ঐনা মুন্না য়েংশিল্লুই, উরকই—ক্ষেত্রিময়ুম সাবিত্রী দেবী! ও… সাবিত্রী কৌবা নঙবো! হন্দক্তী নঙস্তু খঙলব্রা কৈনো, করিস্তু হংলকত্রে। ঐস্তু নমিং পারমলগা নঙনা হংলক্রবদুদা য়ারবোই নীংদুনা হেন্দোক্লুনা চৎলগে খনখি। মতমদুদা কোরকখি—"ওঝা!"

ঐ তুমিন লেপতুনা য়েংখি।

নওনা মখা তারকখি—"বাস্নুদ্ধারীবুদি মুংশিবীরগা ঐবুদি।"

"হাঃ কনা বাস্নু ...... ... ?"

"খওজরে ওঝা!"

"আঃ ... কৈনোনে?" (তশেংনমক ঐ কনাগুম্বা অনদা করিগুম্বা অমতস্নু তাকপা তৌখিদ্রি। নখোয়গী ক্লাসসি নত্রনে. হাকুম ঐনা ক্লাস লৌরিঙৈদা য়াম্না লাওখিবন্থুবু? হায়বা ওওবা লৌখিদবন্থুবা, কলেজ অহানবা কারকপগী তনোবা অনৌবী উনবনা, য়েংনবনা ওঝানা তাকপদগী হেন্না কৈ খনখিবন্থুবো? ওঝা পুম্নমক্না খ্বাইদগী লাওবা, খ্বাইদগী ওক্তবা ক্লাসনি হায়খিবদো। লেডি প্রোফেসরশিংদি নখোয়গী ক্লাস অমা লৌগদবগী শরুক বি, এ, গী জ্ঞান তারবশিংগী নত্রগা ওনসকী ক্লাসতা অনীঅনী হাপ্পীয়ু হায়খিবনি। কনামতা চওও যাদবদগী দণ্ডিনা ঐনা লৌখিবনি। করি হায়য়ে মমিংথুবু জয় হায়বা নত্রা? হূরানবা মানবন্থুনা অফাওবা শান্থুনা ঐঙোন্দা তকখৎতুনা হংখিবন্থুবো মরি লৈনবা লৈনদবা রাহং কয়া। ওঝানা ছাত্রদা হংগদবা নত্রা? ছাত্রনা ওঝাদ হওও হায়বসি কনানা তাকলকই হায়না ঐনা শাউনা হায়খিবদা ওঝানা হৈতন্থুনা তৌরিবনি হায়থুনা ঐবু চংহাৎ হাৎখিবা নত্রা? শাউমনখিবদগী মুমীৎতু রোল ফাওবা কৌরমদনা ক্লাস রুমদগী থোরকখিবা নত্রা? জম্নবু চৌকিদার থান্থুনা কমন রুমদা কৌংল্লুবগা হায়খি—

"নওনা ক্লাস রুমদা দিস্তর্ব অস্নুক য়াম্না তৌরিবসি করিগীনো?"

"দিস্তর্ব তৌবা নচ্চদে ওঝা।"

"অছুদিং কৈগীনো?"

"খঙজদছুনা হংজবনি।"

"ঐনা তাকলিবছুগা মছুগা মরী লৈনব্রা? নখোয়গী পারা মৌত্রিঙৈদা মছু হংবা য়াত্রা? মছুবু নখোয়গী সিলেবসতা য়াওব্রা? ময়ামগী ইন্তরেষ্ট থুগাইছুনা নতোমতগী ইন্তরেষ্টতা মরক থছুনা দিস্তর্ব তোয়না তৌবা য়াত্রা?"

"ময়ামগীস্তু কান্ননি খল্লি ওঝা।"

—"মছু য়াদে, নঙনা খঙনীংলগা ঐগী অহাঙবা মতমদা, লনাই য়্যুমদা নত্রগা ঐগী কাদ হংলবা য়ানি।"

—"মছুগীদমক ঐ লাঞ্জরে ওঝা! ঐখোয় তাদ অমা হন্নক পরীক্ষা থাদোরি। মানা কন্না হায়রকপদগী হংজবনি।"

—"ফরে, মতুংদা অমুক হন্না অদুম্না দিস্তর্ব তৌগনু। কদায় নঙগী রাহংশিংছু ইরগা পীরম্মু।"

মা রাহং খর ইরগা পীরম্মী।

পাউখুম ওইনা পীগে খনখি নীংথিনা। অছুবু শাউনীং-লকখি। লাইরিক্তা য়াওবা রাহংসিংগী পাউখুমবু পাদি পানিংদছুনা।

পাউখুম ইবগী মছুৎতা রাহংগী মপা মপাদ টেক্স বুকী পেজ নম্বর ইরগা পীখি।

নোংঙাল্লগা ছাত্রছুনা চেল্লকুনা হায়রে—

"য়াম্না মুংঙাইজরে ওঝা! ওঝানা তাকপীরকপা লাইরিক্তুদগী লোইনা থেংনজরে।"

ঐ তশেংনা ঙক্কুনা লৈহৌই।

লাইরিক পানিংদবনি। তশেংনমক নখোয় লাইরিক পাদবনি।

"মীঙোন্দদি তাকপীরগা ওঝা! ঐবু মুংঙাইবীদবা মাল্লি। ঐ ওঝাবু য়াম্না নীংজখিবা, হায়বা য়াম্না ইঞ্জখিবা, ওঝানস্থ তত্তনা থাগৎপীখিবী ছাত্রিহুনি .... ... ...

( .... ... ও! নোংমা ক্লাস রুমদা চেপটর অমা তঙ্কবা লোইরগা য়াহং অমা হংখি। পুং তারমদাইদা ছাত্র চনি য়াখৈ মঙা লৈবা ক্লাসতুদগী পাউথুম খাতা মুপ্নগী তবাখক্তং সবমিং তৌরকখি। ঐস্থ নয়াচানি হায়রম্নগা শাউনা খাতা তরাহু পায়রহুনা থোরকখি। কমন রুমদা য়েংখি। য়াম্না চেকশিন্না ইবা বই অমা থেংনখি। মশা য়াম্না নাল্লি, মথুং খুৎইস্থ ওম্হোক্লা ফজে। পাউথুমস্থ সেন্ট পরসেন্ট চুমখি। কনানো মসিবো, মমিংস্থ থারমদে, রোলদি থারম্মী নম্বর ১১২। এতেন্দেন্স রেজিষ্টর ফাক্তোক্কুনা য়েংলুই— রোল নম্বর ১১২, কেএসএচ, সাবিত্রী দেবী।

"ভেরী গুড! ভেরী গুড! য়ু আর মাই রিয়ল ষ্টুদেণ্ট!" থাবীখি।

ছাত্র অমদা শিন্নরমই মেনথোকখো হায়না খাতা বইশিংহু। মথং মুনীৎতগী ঐ কলিকাটাদা মতম কুইনা লৈথোকলুই। ঐগী অশেংবা ছাত্রিহু মশক খঙদোকনবা তাঞ্জা ফংখিদে।)

"কদায়নোনে সাবিত্রী?"

মহাক মোমেন্ন নোক্লা য়েংখৎলকখি। মাগী মুংশিরবা

মীংয়েংলক্তা থম্মোয় অসি মহি' চেল্লকখি। তপনা মথুংতগী কলম লৌতুনা মাগী কোইসনদা খোংপীখি। অমতা নত্তে, অনীদ নত্তে, অহুমদা নত্তে " ভব্রাংপমখৈ।

"নও কয়াদি থুমখ্রে?"

"মথক্কী মখৈ "

"অ ··· অহুদি কুনমঙাসিমগা খুমলবদি ঐগী অহুঙৈগী ক্লাসতা সেণ্ট পরসেণ্ট চুমখিবা ছাত্রি অহুমক্তগীদি পংতা তাররোই।"

মহাক মপূক্তাং মুংঙাইনা মোমোন নোকলকই। ঐঙোন্দা মুংশিনা য়েংখৎলকখি। মাগী শমলাংগী চেংহি মনম ঐগী নাতোন্দা হোজিক্তা বং লাউনা ফাওরকখি। থম্মোয়সি মুং·পাল ওনখি। ঘড়ী য়েংখি—"ইঃ মিনিট তরাতমক মঙায়রে ··· সে নংলরোই সাবিত্রী ··· !"

ঐনা মাগী মোল্লবা মথুং শোক্লা কলম পীখি।

ঐগী থূবামনা ননশিল্লবা মাগী মথুং ফনা কুইনা শংখিদে। ঐ মঙোন্দা য়েংখি। মা ঐঙোন্দা য়েংখি। মাগা ঐগা ইবান্নি য়েংনখি অমনা অমবু। ফনা কুইনা য়েংনখি। মফম লেঙনখিদে, মীংয়েং কায়নখিদে! থম্মোয়মুংদা রাহং কয়া হংনখি। পাউথুম কয়াম্ব পীনখি। থম্মোয়গী মিহুন চোংলকখি। মায়থোংগী কুচু ওল্লকখি। হুমাং ইরিক কারকখি। খঙহৌদনা রানিং বেল পীরকখি। ইবান্নিমক খংপ্রেক খংনৈ। ও ··· পাউথুমশিংবু অহুম্মক রাহংগী মরক্তা তিলহৌই!

তাং ৩০।১০।৮১

---

× ×

# লাং

× ×

নোংমা লাংদ থুরুই! মায় থকপনরা? দশানরা?

লাং মপুনা হরাউনা কাই লাংহু। থুরিবা লেমলৈহনা উপাই লৈত ফ্রিং ফ্রিং চোংই। মপাঙ্গল থেক্লা নাম্থোক্লবা লাক নৈ! মানা চোংবহু উরগা হিঃ হিঃ নোকই মপুদ্না-হিঃ হিঃ!

পুং তাখিবা খঙহেন্দ্রে, খ্বাইরম্বন্দ কৈথেন্দগী পোৎ লৈরুবা হন্দোকললকপদা। সুপ্লগী মিনিট মঙ থক্তনি! ত্রেফক পুলিসনা ঐবু নাম্থোকহনখিদে। লক্ষ্মী বাজারগী ব্যেপার দুকান মরুমদা পোত্থারিবা অচেংবা ঙাইরিবা পুলিস হবিলদার হম্বুবা অমদা শিন্নে। লাংদগী ঙাদু উবদা হবিলদার হম্বুবদু মতিল চোনা চঙলকলগা-"বাবুগী চে চাং অমুক্ত য়েংজগে!" পুথোক্তুনা পী ঐনা। হায়খি-"তেক্সকা অমতা তোন্দবনি!" "ড্রাইভিং লাইসেন্স?"

পুথোক্তুনা পী। ইশাগী পাসপোর্টকা কোপ্লবা চহী ৫গী পূপ্না থিদোকলবা লাইসেন্সতু।

আরঃ সিঃ বুকতা মুপ্না য়েংলগা-"সোমগীসিদি ত্রাসফর তৌনদ্রি য়াররোই।"

॥ শরৎচন্দ্রগী রারী মচা মচা ॥

"করিনো হায়বীরিসিবো?" ঐনা খুমখি—"তেক্স তোম্রগা, লাইসেন্স য়াওরগা লোইরে। ঐ হুরানবদি নৎতেদনা। ঐগী মিংদা কিয়র ওক থমজরিসিদি।"

—"ড্রাইভিং লাইসেন্সকী মিংসিদু চুম্নবীরব্রা? ফোটো-সিগদি খরবু থৈনৈদা।"

—"চুম্মী। ফোটোছু খর কুইখিহ্নুনা তৌবনি।"

—"প্রমাণদি কয়া য়ানিংদে।"

—"চপ চানা পীজগে।" আইদেনতিতি কার্দ পুথোক্লুনা পী।

—"অশেংবনি বাবু থাজবীয়ু। ঐ তশেংনমক পুং তাখ্রে ছায়বসি খঙজহৌদবনি। মিনিট মঙাখক্তনি হেনখিবা। তশেংনা ঐ ত্রেফিক্কী নিয়ম থুগাইগে খন্দুনা তৌজখিবা নত্তে।"

—"ফরে অফিস অমুক্তুং য়ৌমিন্নরুদবা য়াদ্রে।"

—"অফিস য়ৌবগী দরকারবু কৈনোনে? ঐনা শোয়খ্রে লনখ্রে হায়জরেদনা। সুপ্নগী ফুট তরাবু ফারমখিরোই। রেফ্রি হেক পীবগা ঐসু খামজবনি। হনখ্রো মতম হেল্লে হায়রগা অতুম্মক হনখিবা য়াবনি। মতুংতুম হেন্না ত্রেফিকসিদা দিস্তর্ব তৌরমলেই। য়ারবদি ঐ য়ৌজখ্রগে। য়ুমদা লাইগী কর্ম্ম অমা পাঙথোকহৌরি। পোৎ অমতং য়াৎতুনা কৈথেন্দা চেঞ্জরকপনি। অতুগা তৌনরিবা ইরাং মতাসিনদি ...... ।"

"ঐ অতু অদা খঙদে, অফিস অমুক্রুং য়ৌরুখিসি হায়রিব-সিনি!" অসি হায়রমলগা থুনমক হবিলদার হন্নুবহুনা গাড়ীগী

চে-চাং পূম্বা পায়শিল্লগা থোও থাংবা হৌখি। গাড়ীহ্ লনয়ায়-মক্তদা থম্মল্লগা ঐস্ প্রপ প্রপ মাগী মতুং ইল্লি।

o o o o o o

চাউরবা, মথুৎ মশা মবোং-মবোং প নবা অরংবা মমীৎ অনী থাংদোক্তুমা য়েংলিবা মখোল মখোল কংথোকলবা, লামলবা মবুক নান্দুনা ঙাইরিবা মিজাউ অহুগী লাং হুদু মায়কৈ অমদি কল্লি। ওম্মোক্লা পাকই। নাকল অমদা তুমীৎ, কাও, হয়িং, চরাং শঙ্গু-শঙ্গু কোইপাই পাইহুনা শান্নরি। মি অহুনা মতিল চোথবা মখৈ ঙাইরর অমতং থুবা! অমতং ...... অনাদং অহুমদং ... মরিদং ... মঙাদং ... ঙম্মক! মা খঙদে, পুম্নমক্তুনা থুববদি মাগী লাংহু তৎখিবা য়াই হায়বা। হকাম চল্লি মিজাউহু! নোংফুং ঙানবদগী ঙাইবনি। কনামতা থুদে। চবাং অমখক্তং ইখৎ-খৎনা পাইকবদগী শোয়খিহুনা মাগী মসা নাম্ম নপশিনখি। লাংহু ফেৎ ফেৎ নোমই। অনেমম খুদং লাকশিল্লকই অস্তুম অস্তুম। কম্না হোৎনৈ নাম্থোক্লবা! মিজাউ অহু শেম-শাবা হোই। মতোমতা চাববদি নুমাং ফনা কুইনা চানরনি। অহুবু নিহুদগীদি চরাংহুনা চাউবা শাংবা কনবা হেল্লি। শিত্রবদি চাবা ঙমলোই। শিবা ঙাইখিসিবা? অহুবু নাম্থোকখিবনা হানবা তাই। য়াব-বদি মশা মতং অমতং ওইরবস্ু ... নত্রগা মতু তুবুম অমতং ওইরবস্ু! ঙমদ ঙমত্রগনা ইমান্নবা মিয়াম হোরুরগা নমথুহুনা ফাবা।

...... ..... ... ......... ... ........ ...

মম্ম ইবোহলনা নোংনা রারী অমা লীখি—

হরি মন্দিরদা ঈশৈ শকলুববু ইস্কাক ইবুঙো, মুমীৎতু লুপা ১১১ তাই। ফিরোলম্মু লুপা ৫০/৬০ মুক্কী থারকই। মাম্মগী পুম্নিদা মুমীৎতুদা ফংলকপতুনা খ্বাইদগী হেল্লবনি (মতম-তুগী ওইনা)। খ্বাইরমবন্দ য়ৌরকপদা খোনাউসি ঈশৈ শকলুবগী, লাউরুবগী, খেংলুবগী ইকং কংই। খর চোংনিংলকই। মীরক নারক য়েংলগা হাইজিল্লি মতম হোটেলদা। গ্লাস অমতং চিংলগা মফৈ অমতংগা য়োংপা লাকনৈ কাচিন্দা হোংচিন্দুনা।

মফৈতু অমুক্কবু মঙায়রমখিনি চীকলুবা। হোটেল ফম্বী মৌ নহাতুনা হায়রকই— "লেঙথোকহৌরো ওঝা ঈশৈ শকপা নঙবু! ফিয়োম ও কোয়েং-ও চন্দোন ও চবা-ও শোয়বা তারেনে!"

হন্না য়েংথোকলুবদা পুলিস-১ রাই চাইরম্মী মপানতু। মনীংথোঙদা ঙক লাংথোকলববু কন্তেবল অমনা ওন্থোকনা উশিংতনা মাগী লিচৈ মচাতু খৎলতুনা থোরকউ হায়তুনা ঈঙ্গিং তৌরকই।

ইমুংতুদা লৈক্রক অরাওবা অমতং লৈরমলবদি খনখি। হরি মন্দির ময়ায়দা শেন তানবসি ঙসিদগী তোকউ তমখ্রমাল্লেদনা খনখি। লান কনশিল্লকই। এতেক কনশিল্লকই। কুইনা লৈথবা য়াদে ইমুংতুদা। বোম থাদরকই—এতোম নিউত্রোন হায়ড্রোজেন। থাওবা য়াদে।

লুপা তরাচংপী অমা খন্দুনা শংতোকলগা কুপনা থুপচিন্দুনা জেপতা হাপচিল্লগা ইবুঙোগী নাম শোন্দুনা "জয় মাধব" হায়বা

লাল্লাউগা লোয়ননা মাম্ম লাঙ্জেনবা থোরকখি পোৎয়োম থায়োম কোন্নুনা।

"হৈ অহল ঙাইখো!"

মমায় থকপা কন্সতেবল নহা অমনা লাউরকই।

"করিনো ইবুঙো?" মাম্মনা থুমখি।

"হা কামউ! সিঃ এ মতৌগদি চন্দোল-ও চন্না ও!"

পুলিস পুন্ননক মথৌ চিল্লি। পুলিস অমগা য়ু ঙাওবা তন্নাগা পানবা মতমনি। ঐতবু লাই অমনা কুৰ্বাবদগী পাখঙ মায়থকপন্থুগা থেংনরুবনি।

ঐনা মী কোরুপ কোরুপ য়েংলগা লোল্লপ হায়খি—

"ইবুঙো, ইপাগীদি লাইসেন্স য়াওজরি!"

"হা?" মহাক মমীং মনা ইরং লংখংলি। ঙক্ক' হংলকই— "লাইসেন্স হায়বা? করিগী লাইসেন্স? কদায় ··· ?"

"সে!" ঐনা তরাচংপাথু মখুংতা পী। "লাইসেন্সনি ইপাগী!"

"ইহে, লাইসেন্স য়াওরবদি অতৈসিগা মান্নবাক্লরনো, কোক হেক লেঙথাখ্রো।" শেলথু তাপ পায়হোরপা মানা ঐবু থুংলৈ থুনা ইম্মোরকখি।

নমখৈবনা সোর ফুল্লবা দুকান অনিগী কারক্তা নাতোন মেনথুনা প্রপ প্রপ ফাওদোরকখি। অথুদগী ইরুজবমুক রাই শংনা চেল্লকখি। ঙসি ফাওবা হরি মন্দির ময়ায়দা নাম শোনবা

লেপত্রিদো ইন্নাক ইংুঙো। হৌজিক্কী যুগসিদি তান খঙবা ! পুংলোন খঙনা জগোয় শাবা হৈবা ....... !

০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০

"তামো অমুক্তা ঙাইবীখো।" ঐনা হবিলদারচুদা হায়খি।

"ও, করি হায়নীংলিবগে ?" মানা খুমলকই, মথা তারকখি— "অফিসতা চে চাং খর ইনদবা য়াদবননি।"

"মসি ফন-ফনবা তামোখোয়না শীন্নবীরো !" অসি হায়রগা ঙসাই পোৎফম ফম্বীদা পীরুবদা শেগায়মল্লি হায়চনা হন্না হন্না লোৎহো য়াদ্রবা পূমতোই তোইরবা অফোৎপা লুপাগী নোট অনিথক মাগী মখুংতা পায়রিবা গাড়ীগী চে-চাংচু মুল্লগা য়েপশিনখি।

কয়ানো খঙদনা মানা মীরক নারক য়েংলগা "এঃ এঃ মসি হৌনদেদা !" হায়চনা কন্না পায়শিনখি শেলচু ! ফুরীৎখাও হুমজিন্নখি।

"ঐ য়োক্তরগে" হায়রমলগা মায় ওল্লকখি।

মানা হায়রকখি— "ত্রেফিকনা ঐঙোন্দমুক চপখৎলক্কনিয়ে, মসি ফত্তেদা বাবু। অফিস ঙহাক্তং য়োরুখিসি।"

"মঙোন্দা তংখায় অমা খাইবীরগা অচুম্মক য়াবা হোৎনবীরো।"

"অচুদা তাইয়ে, মরুপ-মপাংশিং অমা-অমা ওইরমলে, উপাই লৈত্রে হায়চুমঙায়রেদনা ...... ।"

মানা মরুম-মরুম শোলহৌই। মথা তাংবা শংনখিদ্রে।
ঐ থুনমক গাড়ী থোদোকলগা নুংশাংকী মমাঙ থানা থোরকখি।

.... .... ....        .... .... ....        .... ....

খর লৈরগা বজারদা থেংনৈ লেংনা হবিলদার অহুনাহু!
ঐবু উবদা মাস্থু নোকই। মাবু উবদা ঐস্থু খল্লুদনা মোমোন
নোকখি। করিমতা হায়নদে, অউ খুঁদং মোমোনদি শোয়নদে
ঐখোয় অনীমক।

তাং ২১।৫।৮৩

* * * * * * *

## ॥ মরুপকী ডাইরি ঐগী ডাইরি ॥

* * * * * * *

ঐখোয়গী মরুপ অমা নৌনা মণিপুরদা খোরকই। ঐখোয়দা লৈ। মাগী থবক ইনখাং চেন্নবা স্কুটর অমা হন্দক্তা লৈ। খরলৈরগা নোংমা ইবান্নি পার্টি অমা তৌমিন্নবদা মানা হায়—"ভায়া, মণিপুরসিদি য়াম্না ঙকই।"

—কৈদৌরগেনে?

—থাউ য়োনফম পম্প ময়াদ অমুক থাউ পরেং পরেং য়োল্লিবসিবু করিগীনো?

—মখোয়সু থাউ য়োল্লিবনিদনা ভায়া।

—পম্পতগী লোবদা প.বা মমলদগী মখোয়দগী লোবনা মমল তাথে। থাউসু জ্রো জ্রো হৈজিল্লকই।

—অচুম্বনি। (অচুবু মরমতুদি খঙজিনবা কৈ।)

o o o  o o o  o o o

সিনেমা য়ুংঙাইবা অমা তৌরকপদা এডভান্স বুকিংদা থাখিবা রিজার্বেসন টিকেংসি হাপ্তা অমগী মতুং ফাওবদি ফংনদে। চে অমদা পুল্লপ পুল্লপ পী।

॥ শরৎচন্দ্রগী য়ারী মচা মচা ॥

শো সুমীংতা চেজেংতু টিকেং ওনগে হায়রুববু ওস্থোক্লা শাউরকই। ঐবু অঙাংবা হায়রকই। মসিবু মণিপুরগী চংনবীরা ? (মতুগী মরমতুস্থু খঙজিনবা ফৈ।)

০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০

কলাবাজার কাওবুনা টিকেং মঙা/ তরা ব্লেক শান্নবসিনদি শেনশাফম খঙদে হায়দুনা বেলকোনি, ড্রেসসর্কল তূন তূন রিজার্ব তৌশিল্লগা "চেরিটি শো ইন এইড ওফ ––..." হায়দুনা এম্যুজমেন্ট টেক্সস্থু মৎপা অশেম্বা টিকেৎতা লুপা তরামঙা কুনগী চা দা মরুপ-মপাংশিংদা নম-নমদুনা য়োনবসি য়াম্না কন্না চংনখৎলক্লি।

০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০

লৈশাবী অমগী পুন্সিদা শিবা য়ানা চোপ্পা ইকায়বা নংগদবা ইজ্জৎ মাঙবগী ব্রাফমসি স ইনোকোলোজি ষ্ট ডাক্তর অমনা লুপা চনি য়াঙ্খেদা লায়না কনবা ঙমলে। অদুনা ইজ্জৎকী ব্রাফমসি লৈবাকসিদা থোইনা মথো তাদ্রে। লম্বী-সড়ক, উখোঙ-ব্রাখোঙ, লিক্কোল শান্নফম ঙাক্তা ওইশিন্নখ্রে।

০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০

লুখ্রাবীনা অমুক লুহোংবসি মণিপুরদদি চংনদে। অদুবু তরারক চেল্লুরবস্থু, ইজ্জৎ মাঙখ্রবস্থু লৈশাবীনিবু হায়রিমখৈদি লৈবাকসিদা লুহোংবা অদুম্মক মচংনৈ।

০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০

— য়ুমসিবু লুপা কয়া চঙবিবগে ?

— লুপা লাক্ষ ৩০ রোমতনি য়ামদেদা।

—বোম্বুগী থাগী তলবতি ?

—লুপা ১১০০ ত্তনি।

—এঃ চহী ১০ স্থ ফারমখিরোই থবক তৌবীবদি ---- ।

—হেরা বোম্বু, য়োং লেম্না ফংবা, বিলাটমাতি লেম্না ফংবা, চেক, মুং, লৈঙোই, লেবর লেম্ন লেম্না ফংবা ডিপার্টমেণ্টকী হেড ওইজরিয়ে।

—ও ! এগীদি থা অমদা নুপীগা ইবান্নিনা লুপা লিশিং মঙা-রোম পুশিনজে। য়ুমদি হায়য়ে, টেক্স থীবদতা পুন্ত্রে !

০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০

তাং ৪।৪।৮০

লৈরক্তা জীপ অমা বেষ্ট কন্ন কন্না পীহুনা কোয়থৌ থৌরম্মী। থোঙ হাংদোকহুনা হকচিক লাংনরম্বা, তুন্ন-হীপ্পরমদবা মী পুন্নমক মখোলহু তাবদা নহারোল তান্নরকপা সিফায় লাকলে হায়হুনা থোঙ থোঙনাও পূম্বা গন গম লোনশিন্নখি। কনামতা চেকমোক লাউনখিদে লৈকায়হু ! ঙহাক লৈরগা মৈ মুংখি ... .. । নোং-ঙাল্লগা লৈরহী ইলেকত্রিক তারা পুম্বা অমতা লৈরমদে।

০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০

তাং ১১।৯।৮১

ওঝা মনিনা হায়—ইন্দক্কী পি, য়ু ক্লাসতা য়াওবা কুমারী হায়ব্রা করিনো ওঝা ! মহুদি শেংলিহে !

—কমদোই ওঝা ?

—একটিংদো ..... ঙাওইনে ভায় ওঝা !

খর লৈরগা তাবকখি—

—কুমারীনা মশমককা কক'ৎতুনা কন্না কেরকলিবসিদি মচা অমা পোকখ্রে হায়না।

—হেরা বোক্ষু! নখোয়না হায়বা য়াত্রগা মী'মচা লৈশাবী অমবু অত্নুম্না হেক মাংথোকপীবা হৌনদেদা! ঐ শুকয়া য়ানিংদে, —তানিংদে।

— খঙদে খঙদে হায়নৈ।

নোংমা ঐখোয় ক্বাটর মমাঙদা লৈবা কুমারীখোয়গী মনেগী ত্নুকান্দা ঐ প্রপ-প্রপ চঙলুই। কনামতা উদে। শো বোক্স মনাক্তা লেপলগা কনা-কনা লৈবগে হায়ত্নুনা য়েংশিল্লুই। কুমারী মফনেক ঙমজরেমখৈ শীথরগা মবুকত্নু কন্না খোৎলত্নুনা লৈরম্মী। অহানবদা ঐদি মানি হায়ববু খঙলুদে। তশেংবনি, কুমারীনি। মাগী চনিংত্নু ময়িগী ময়িমক্তা ঙায়বত্নু ঐ তশেং তশেং উহৌরে।

... ... হৈমা ওঝা!

... ... অং .... অ ... অম ... কুমারী।

( ওস্লোকপনি! কুমারী হংচিং লুহোংখ্রগনি অতোপ্পা নুপা অমদা। )

০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০

মিথাইলাল ঝিলিবীলালগী ত্নুকানদা পোংকী মমল ইরগা প্রাইস বোর্ড অমা ফজনা থেৎলি—

চুজাক বেগত়া লুপা ১২৫

মঙ্গল মপূম বেগতা লুপা ৫৫০

বেসন বেগতা লুপা ৫১০৲

০ ০ ০　　০ ০　　০ ০ ০

তাং ৯। ৯। ৭৯

—হল্লোগী ম্যর্প তুবু খাইনখ্রে হায়বা।

—হোয় খায়নবা হায়বত্তু তারেদনা। মানা ইমুংসিদা লৈবসি হৈনদেদা মহায়। মথন্তনা চংলনিতা হায়রকলিবা কুইরবনি মরুপ। ঐগী ব্রাকা তাদে অত্তুম্মক চৎখ্রেদনসে!

—লুহোংবদদি লুপা কয়া চঙখ্রবা?

—মচা মশু থাদনা অচৌ-অচৌবদমক থাবদা হায়বদি হরা-গাড়ী ২৫ গী লুপা ৬০০০৲ চান থরুব লুপা ৪০০০৲ মাইক, ইনভাইতেসন কার্দ, ডেকোরেসন, জেনেরেটরগী লুপা ৩০০০৲ মণ্ডানি চাক্কৌবগী লুপা ২০০০৲ চাউরাকনা লুপা লিশিং ১৫ মুক্তি হেন্না চঙখি ভায়।

—অত্তুদি শেনফম অচৌবা অমা তিংলগা লৈরুবনিদনা। মমলস্থু হল্লমদনা চংখিবত্তুদি ফত্তেদনা। ভায়গী লুহোংবগী রিফ্রেস-মেণ্টতু ফাওবদি শেংলিহে। জেনেরেটরত্তুবু লুপা কয়াদ ব্রায়বা-রকপগে?

—লুপা ৬০০। বন্ধুগী অত্তুভৈগীতুনা ইফ হেক ফৈ। লুপা কয়া চঙখি?

—হেরা হল্লোগী জেনেরেটর অব্রায়মম্নবু য়াম্না হেল্লি। (লোম্না মনাকোংদা চঙশিন্দূনা) লুপা ৩৫০৲... ...

—৩৫০ না লক্ষ্মী ওইহৌবা! ১৫০০০ না হিংচাবী ওনখ্রবা!

০ ০ ০　　০ ০ ০　　০ ০ ০

তাং ১২।৪।৮১

—তামো টিকেৎ অমতা থমজরমগে।

—কৈগীনোনে ইবুঙোখোয় ?

—হয়েং চৈরাওবা নুমীৎতা হেরা টকিজদা "ওল্লাংথাগী য়াংমদস্সু" চেরিটি শো লৌজরি। লুপা ২০ খক্তনিদা।"

( ইরায় লায়'খৈ ২০ খক্তনি। )

—এঃ ইবুঙো! ইয়াম্বদি প্রোগ্রাম য়াম্নব লৈনে হয়েংসিদি। লাকপবু শংঙোই। লুপা মঙাসি পায়খ্রো। টিকেৎস্সু থমলমলন্নু, শাউবা য়াদে।

—"কদায়দৈনোদা তামো।" মতমগী নহারোল মানবা অমনা মকন্থী হেক থোকপমখৈ শাউনা শুমলকখি— "তলবস্সু চাবা, দুকানস্সু ফম্বা। ঐখোয়দা লুপা ২০ খক্তং পীহনা টিকেৎ অমতং লৈবীহেৎববু ···।"

—"নখোয়গুম্বা ময়ামনিদো ইয়াম্বখোয়না নোংম নোংমগী থেংনরিবদি। থা অমদা অমুক্তং লাকপা ওইরবদি ১০০, স্সু হাপত্তোকপা য়াই। লম্বীদা ফংই চেক্তেৎ অমা লুপা ৫ ১০, ফিরাল মচা অমা লুপা ৫ ১০, ·· অফিসতা ফংই ডোনেসন ডোনেসন ··। লামায় ৩ খকতং পানবা লাইরিকলা, খবররা, চিঠিরা অমা লুপা ৫, ··· য়ুমদা ফংই ডোনেসন ···· চেরিটি টিকেৎ। কৈরে ই লৈকায়গী, মরুপ-মপাংগী, মরী মতাগী, দেব কর্ম্ম লুহোংবা, সোরাত, নাহুৎ-নারেংবা, য়ুম শঙ্গাবা, ·· ··· নোংমতা কাংবা নত্তেদো।"

—"এঃ তামো! ঙসি নোংমখক্তং ঐখোয়না লাকচবসিদা হুন্থোক্ল। য়াম্না পোপথোকপীরক্কদোরে। লুপা কুনগীসি শেংচ-রগেকো!"

—"ঐ লাকপা শংলোই ইবুঙো। সে, লূপা তরাসি মতেঙ ওইনরক্রো। টিকেৎ পীরমলনু।" বাকসিদগী তরাচংপী অমা লৈথোকতুনা পী। মথোয়গী অতোনবা লুপা ২০ থোরবদোনা শাউনা লৌখি, দিমাগুহ্‌গী তংখায়হু। চেক্ষেং অমা অঙাঙ (ইচা-মুপা অহল) দা পীরম্মী।

চৈরাওবা মুমীৎতা হরাও হরাও গাড়ী পুহনা ইচানুপাহু চাং কাবা য়াওদবমখৈ চেরিটি শো য়েংবা চংখি। পুংখায় অমগী মনুংদা হল্লকখি।

—কৈদোরে?

—হেরা! চেরিটি শো নত্তে, তম্নবা ওইরমলে।

—শো উংলমদ্রব্রনে?

—"য়ুবরাজ" তৌহৌই। কনামতগী চেরিটি শো লৌরদে হায়রকই।

—"কদায় ঙরাঙগী মথোয়গী চেক্ষেংতু।"

—"সে।" ইচানুপানা ফুরাংখাওদগী লৈথোক্তুনা পী।

অপূনবা খোঙউপ শেম্বা কাঙলুপ

চেরিটি শো

... ... .... ...

... ... ... ....

মথঙ-মথঙ মী হুন্নরকখি, মখোয়না ঙরাঙ টিকেং য়োন-শিনলম্বা মীশকশিং - এম: ও, এস: ৫, এ: ৬ — —

০ ●　　০ ০　　০ ●

তাং ১০। ৮। ৮১

"দেথ ওন দি এরেনা" রোমগী অকন অশৌশিংগী য়ারীনি। য়াম্না ফজে হায়নৈ, য়েংনিংই। হরাও হরাও থবকস্মু থর কোনই হায়রুনা টিকেৎ ককফম কিউদা লেপলুই। পুং তরাতমক তারমলি। মথঙ মথঙ অঙাঙবা মৈঙালদা উরকই - দি, সি ফুল! বেলকোনি ফুল! ... নহা অমদি থৌনা ফনা কিউহু থুগাইখি। ফংহৌদবা য়াদে মন্তানি। ময়ামস্মু গ্রুং! কৈনো-কৈনো মতামনি। উপাই লৈতে হন্দোরকখি ঐ। পাখঙমচা অমস্মু ফুরীৎ খোঙগ্রাও তাখৎতুনা ইন্নবা য়াওরুনবা শেম·শাই। ঐনা মঙাচৎপী অমা শৎতে কলগা মঙোন্দা হায়খি—"ইবুঙো, ইয়াম্বগীস্মু অমতা য়াও-বীরকউ। অরেম্বহু নহাক্কা থরচ ওইনরো।

—কৈদৌঙৈগীনো তামো?

—হৌজিক্কী, ফাষ্ট' শোগী।

—এ: মথঙ য়ুমশকৈশা নুমীৎকী থার্ড' শোগীনি।

হপ্তা অমগী মতুংদা য়েংগদবা থার্ড' শোগী সিনেমা টিকেৎ হৌজিক্কা মকোক মরু কায়নবমখৈ ইন্নবা! সিনেমাসিদি ঐখোয়-গুম্বনা য়েংবা ঙম্বগী শক্তি লৈতে ... ...।

"হাউস ফুল!" অঙাঙবা মৈঙাল!

ময়াম ব্রা ব্রা কায়নরকখি। পুলিসনা খোংই পি পি। উপাই লৈতে হল্লগে খনখি। গাড়ী মনাক্তা চঙশিনখিবদা ফনা-নোমনা কৌরকই "তামো সিনেমা য়েংবীদৌরিব্বরা?"

—"হোয়, য়েংগে খনবনি; টিকেৎপু ফংদেনে।"

—"তরা / তরাদ রিয়ারগী লৈহৈবনি তামো। তু আদৈসিদা ঐগীস্থ লৌশিল্লকলে।"

—"ও, ও, আদ ময়াম য়েংমশিল্লিবসিরা?" ঐ প্রপ প্রপ চঙশিল্লুই।

—"অমখক্ত ঙাযরে অমখক্ত!"

—"কদায় ইবুঙো ··· ··· ।"

খুৎ অনী অক্তম তরা তরা চৎপী শংশং লানশিন্নরকই। ঐগীস্থ অমনি ময়ামতুগী মরক্ত। লাইবক ফরুবনা পাখঙতুনা ঐগী তরা চৎপীতু তাপ পাযখ্রগা শুরু শুরু নৈশিনবা মতুম অমা খুংতা শিন্নরম্মী।

পি পি! পুলিসনা শেন কাফম শুং-শুং নমতুনা থি। ময়াম শ্বাই-শ্বাই মাঙনখি।

পুং তাবা ঙাইখি। মিনিট মঙাদ ঙায়রবা মতমদা থোঙদা চঙলুই। গেৎ কিপরনা ঐগী টিকেংতু য়েংলগা হায়রকই—"মসিদি ঙরাঙগীনি!"

পীং লাউই! শং টিকেৎতু লৌরগা মুন্না য়েংই। "তাংস্থ থাদনা করম্না খঙইবা?"

"সেরিয়েল নম্বরদা চৎলি। থুনা অমুক্ত হন্দোকপীখো।"

মন্নাম গ্রুং গ্রুং ইনাশীন ইনশিন্নমা চঙশিন্নখি। ঐ লেপ্পা য়াখিদে। ঐগী অশাওবত্থু খোন্দা থীবা গেং কিপরত্থুদা তাইনসিরা ? ঙসাইগী অঙাঙত্থু থিরুখিসিরা ! খুবাক খোংতুনা খাঙখি ! তন্ন-তন্না হন্দোরকখি। মন্নুংগী পৈরিও সাউণ্ডত্থুদি ময়েক শেংনা তাখি ··· রে-রে আই এন য়ু মিস মিস রে ···

o o o o o o o o

তাং ২২।৩।৭৮

আগ্রাগী তাজমহল গেংতা চঙক্রিভৈদা তুমীৎ পাইবমুক য়'ম্না ফোটোগ্রাফর ময়াম অমা পাইথোরকই। ঐগীদা ঐগীদা হায়তুনা কোইচিং চিংলৈ। ঐনা শাউনা হায়খি—"ঐখোয় কৈদৌভৈদস্থু ফোটো নমলোয়।"

"করিগী সাহাব ? মেম সাহাবকা লোয়ননা য়াম্ন রোমান্টিক পোজদা নমগদবনি।" রোল অমগী ফী —"ওনলি টুয়েন্টি রুপিজ !"

—"আই হেব নো মনি ফোর দেং !"

ফং হাইদোকলগা নুপীগা ঐগা প্রপ-প্রপ চঙশিনবা হোৎনৈ। মানা তান্ন-তান্নতুনা হায়—"হোয়াই নোৎ সর ?"

( অস ! সর কা য়োৌরবা ! ফোটো অমতং নম্বীনবা অস্নুক য়াম্না অনম্ব কনবা ·· ··· ) মানা মথা তাথরকই—"সর ইট'জ তাজমহল। এ সেলদম এণ্ড রিয়র ভিজিৎ ইন রান্স লাইফ ! ব্লিস বি এ রিয়র কলেক্সন ওফ 'য়োর অলবম ·· ····" করি করিনো তেনন্নানা প্লোক থীবত্থু মঙায় ! ঙাঙবা হৈরবা পাখঙ মচা অত্থুনা ঐখোয়বু পুরে। তাকই মানা মথল-মথাগী ফুরা'

দলাল, মোংফম-লাইনিংফম, হৈকোল-লৈকোল ময়াম অমা! মখল মথেল পোজ কয়া · রোমান্টিক··· টুটেল্লি রোমান্টিক! মানা দিরেক্টর কম ফোটোগ্রাফর। মুপীগা ঐগনা হিরো-হিরোইন। মানা হায়বা খুদিং তৌই। মুপীনদি "কৈনো নঙনা তৌরিসিবো ঙাওরবরা" হায়দুনা য়াম্না শাউই। মা তশেংনমক শাউখি, মনাতোন চক্ষুমুক চাউথোকলদুনা। কোন্নথংদদি মা তশেংনমক শাউগ্রমাল্লে, ফ্রং কন্থোকলমলগা চংখি। ঐনা তান্নে, খুদাং পায়, মানা কন্থোরকই। শাউনা হায়রকই—

"ঐবু ময়াং মচাশিংসিগী শান্নপোৎলা?"

ইবান্নি ঙহাক্তী ইন্ন-কাওনা তৌখি।

"মেদম ইজ ভেরি এঙ্গ্রী সর!"

"ইয়েস, সি ফিলজ সমহোয়াট এসেম।"

"বৎ অফটর সিইং দ রিজল্ট মেদম ৱিল স্মাইল!"

"ৱেল, বৎ য়ু মষ্ট স্নেপ ইন সিমপল পোজেস ওনলি।"

"ও, কে, সিয়োর!"

অচম অচম্বা পোজ খর কাপলগা তোকলে।

"রিজল্টতি ঐনা করম খঙগনি?" ঐনা হংখি।

"পুং অমগী মতুংদা লেঙবারকউ। রেষ্টুরা অসিদা ঐ ঙাইজরমগে।" ফোটোগ্রাফরদুনা খুমলকখি। মাখা তারকখি—"তাজমহল য়েংলুরগা হন্দোরকপদা চপ চানরনি।"

"হোয়"

ঘড়ীদা য়েংলুবদা পুং অমা তারমলে।

o o o     o o o     o o o

তাজমহল য়েংলুরগা থোরকপদা পুং অহুমবু তারমদোরে। ঐখোয়না প্রপ·প্রপ থোরকপদা মায়োক্লবা রেষ্টুরাদা ফোটোগ্রাফর নহাক্ল লৈরম্মী। ঐখোয়বু উবদা মোমোন নোকই। মানা নোকলকপক্ল ঐখোয়গী নুপীনা য়াম্না কিজে হায়। তশেংবনি, য়াকলবা নুংশা অক্লগা মায়োক্লনা মানা নোকলকপক্ল শুপ্নগী মমিংকা ময়াগতমক উবা ফংই।

"রেল কম সর রেল কম।" মানা ঐখোয়বু রেষ্টুরাদা পুশিল্লি।

"য়ু এণ্ড 'য়োর মিসেস অর সো ফোটোজেনিক!"

"ইজইট?" ঐ নোকখি। মায় পণ্ডবা, নাতোন ককপা, চায়রুং চাউবা মৈতৈ মচানবু ফোটোদা ফজবা হৌনব্রাও? ময়াং মচাশিংসিনা শেল লৌরমদাই ফিগ্রি হৈবসিনবু ···। খণ্ডনি, ফৈরেং তুরেংদা তৌরমসনু, পৈশা অণ্ডাণ্ডবী অমফাও পীবদি হায়রুনু।"

"আইয়ে আইয়ে বৈথীয়ে সাহাব!"

মোল্লবা সোফাদ, স্পেসিয়েল কা অমদা ঐখোয় অনীবু পুশিন্দুনা ফমহল্লি। ইণ্ডলবা কোকা কোলা অনী পুখোরকই। ওহাক শাগংলম্বা হকচাংক্ল ইণ্ডথরবা তুংদা "মেম সাহেবপু পোথাবীরমখো" হায়রমলগা ঐবু কা অমদা পুশিল্লি। ফোটোগী রিজল্ট য়েংহল্লি।

"হমরাহি!" ··· নীংশিংলকই সিন অমা ··· "ৰো চলে — ৰো চলে ··· ঝটককী দমন মেরী আরজু ···" জমুনা·না শাউনা

চৎখিবা, রাজেন্দ্রকুমারনা ঈশৈ শক·শক্তুনা থেম·থেমহুনা তান্নরকপা · । করম্বা মতমদবু লৌহৌবা ফোটো স্নেপ ? অহুক থুনা—!

ঐদি অহুগুম্বা পোজদা ফোটো কাপ্প্সু হায়খিদে। ঐখোয়গী চৎনরকপদা ফোটো কাপ্পা হায়বসিমক্তবু এটেনসন পোজিসনদা লেপ্পা, মীৎনা কেমেরাদা য়েংবা, ঙক হাইগৎপা, নাতোনগী অরাওবা অমুবা শরূক ফোটোদা উহনবা! কেমেরামেননা শোয়খিদনবা রেদি রান·তু থ্রি হায়রকপদা খুৎ খোঙ মীং হকচাং পুম্বা অশিবগুম চপ তিংথোকপা খুৎকাপ অসিতনি খঙলকলিবা।

—"নঙগী নমিং করি কৌই?"

—"দুলাল প্রসাদ ফোটোগ্রাফর।"

—"নঙদি কদায়দগী তমলুই?"

—"বোম্বেগী ফিল্ম ইন্সটিট্যুট অমদা চহী তরুক ট্রেনিং চৎলুই।"

মথঙ মথঙ য়েংই। করম্বা মতমদবু নমখিবা? খজিক খরাক নত্তে, ফোটো কুন্থ্রাতরুক? অশোয়বা অথীবা অমতসু য়াওদে, তশেংনমক অনৌবা ফিল্ম স্যুটিং অমা! য়েংবগী পেনবা নাইদে। নুমীৎ চপ য়ুংবা মতমহুদা মানা করম্না লৌখিবা লাইট টেক্নিকনো! কয়াদ হৈ শিংনা পারিবা সেটনো!

মুখ্রবা দুলালবু ঐনা কোনশিনহুনা অপেনবা ফোংদোকই। মাস্থ মুরবা মচীনবান্দুদগী অঙোবা ময়াহু থিন্দোক্তুনা নোকই। ঐনা হংখি—"লুপা কয়াদি তারে?"

—"ফিল্ম রোল অহুমনি সাহাব।"

—"হোয়নে।"

—"চামথোকমনগা করিগা পূন্না ৮৮ থোকলে।"

—"সে লৌরো।" ঐনা চাম্ম চৎপী অমা পীশিল্লি।

মানা হরাওনা লুপা ১৫ হন্দোকলগা হায়—

"লুপা অহুম কমিসন পীজরবনি।"

"থেঙ্ক য়ু!"

o o o o o o o o o

ঙসিদি মেমচা ইবান্নিগী ফিল্মচু রিলিজ তৌদুনা ইবান্নিতা অলবম ফাক ফাকতুনা য়েংমিন্নবা হৌজিক ফাওবা তোকত্রি।

মানা হায়—"ঙকখ্রেদা মচুগী মুপাদো!"

ঐনা খুমখি—"ঙকপা নত্তে, হৈখ্রেদা হায়গদবনি!"